# কচ্চবা ॥

ইমা ইমা ! তোল্লবা নচাবু পোকপী ইমা !
কৌজবি নংবু, নচানা ঙসি, হে ইমা ॥
নিংশিংলক্লে মমাংগী রা, ঙসি নুমিত্তা ।
নীংঙমদবা মৈনা চাক্লে, থরাযসে হৌজিক্তা ॥
হরি ভক্তি পামজবী, লাই নীংবী ইমানি ।
রাস লীলাদা ভক্তি লৈবী, কচ্চনিংবীনি ॥
ছাত্রগী পুস্তিদা, নাহা ওইরগে মতমদা ।
নাস্তিকী রাঙাং কয়ানা, ইমানা তাকপদা ॥
করেম্নজখি নচানা, গুমাং লীলাগুম্না ।
রাহনখি ইমাবু, নীংবা বায়বা রাখন্না ॥
ঙাকপিযু ইমা খুরুমজয়ি হন্না হন্না ।
হরি ভক্তি তমজগে, নীজগে ইমাগুম্না ॥
ইমানা গুরু ওইজনা, পাপ চেনবা নচানা ।
ইজরি রাসগী ইশৈ, মৈতৈ ইমা লোম্না ॥
কচ্চরি লাইরিক অসি, ভক্তি তৌনা ইমাদা ।
পেনবিয়ু হে ইমা পিবিয়ু বর নচাদা ॥

তোল্লবা

শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহ



শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহ
উরিপোক, চনম্বম লৈকাই
ইম্ফাল

# রাহৌদোক

## শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দনা য়াইফরি”
## জগোয় রাস হাইবসি করিবু কৌবগে ঃ—

রস খংলবা মতিক মগুণ চাওবা টীকাকারশিংনা শ্রীহরিগী রাস লীলাবু, মখল মথা অয়াম্বা ভাবতা পুথোক্তুনা ব্যাখা তৌনরি। কনানা পরব্রহ্মগা জীবাত্মাগা, অনি তিন্নবগী লীলানি হায়। কনানা, সুংঙাইবা রস পূম্নমক তিনববু রাস কৌই ; অদুনা সুংঙাইবা পূম্নমক্না তিল্লবা, ব্রহ্মানন্দ ফংববু রাস কৌই অসিনচিংবা। তৌইগুম্বসুং সঙ্গীত শাস্ত্রদদি, রাস হায়বসি জগোয় মখল অমনি হায়। জগোয় পামজবী সুপী ময়াম্না কোয়রগা, জগোয় হৈবা নিপা অমনা ময়ায়দা লৈরগা, জগোয় শামিন্নববু হল্লীশক, কৌই। হল্লীশক অসিদা, তাল, মেন পান্দুনা, খোংথাং খুথেক হাপ্তুনা শাবা জগোয়বু, রাস জগোয় কৌই হায়না, সঙ্গীত শাস্ত্রদা হায়রি। হায়রিবা জগোয় অসি, স্বর্গদা লৈবা লাইমরুস্সু, শান্নবা ওমজবা জগোয়নি। জগোয় অসি উবদা, লাই পূম্নমক ঙাওমরিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, ব্রজগোপীশিংগা লোয়নদুনা, শান্নখিবা লীলানি॥

ইবুংঙো মাতনা শান্নবনি।

যুগ যুগ খুদিংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শক্লোন মখল মথা পুথোক্তুনা মখল মথা অয়াম্বা লীলা শান্নখি। লীলাশিং অদুনা, লাই, হিংচাবা অমসুং জগৎ পুম্নমকপু ওন্থবনি। তৌইরবসুং ভগবান মশামকপুদি, কদৌঙৈদসু ওমহৎপা ভমদুরা। কৃষ্ণগী রাস

লীলা অসিদদি ; শাস্ত্ররিবা ভগবান মশামক শুমহৎপনি। মরম অসিদগী রাস লীলাবু, অতৈ লীলা পুম্নমক্কী শুহুপকী মশক্কি হায়নরি। জগোয় অসি মণিপুরদা জগোয় রাস হায়না কৌনৈ।

শ্রীশুকদেব মহামুনিমক্তা, মাগী অমৃতগী মশক ওইরবা রাঙাংনা, থৌজানগা লোইননা, হন্না হন্না তাকপিবদা, মহারাজ পরীক্ষিত নিংথৌমক্কী পুক্নীংদা চিংনবা কোকপা রাগ্রবা, রাস লীলাগী রসনি। অসিবু, কলিদা পোকপা জীবনা করম হায়ন খংবা ওমগনি। খংলবস্থু খংদ্রবস্থু, লীলা অসি হিন্দু জাতিনা, মতম কুইনা য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা, ভক্তিগা লোয়ননা তাক্সনা লাক্লরিবনি। মরম অসিনা, নৌনা হৌরক্লিবা অঙাংশিংনা লীলা অসিবু ; অহানবা পাবা অমস্থুং তাবদা লংলা লংজিন ওইনবা, শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংলবা গোস্বামিশিংনা ইবিরম্বা, ভক্তি রস শাস্ত্রগী চাওরাকপা ভাব অমা অনিদং, ঐনা মকম অসিদা পঞ্জরি।

১। শ্রীহরিগী রাস লীলা হায়বসি, প্রাকৃত শৃঙ্গার রসনা মপান্দা কুয়োম ওইনা কুপ্লা, মনুংদনা সংসারগী মায়া অসি লাম্থোক্তুনা শ্রীভগবানগী খুয়া থম্বাল ফংননবা, লম্বি অমস্থুং তত্বগী মশক্কী। লীলা অসি পাগে অমস্থুং তাগে হায়রবদি, অতৈ ভক্তি রস শাস্ত্র পুম্নমক হাম্না পায়গা, অরোইবদা পুক্নীং য়াম্না তপ্না অমস্থুং থাজবগা লোইননা, রাস লীলা পাবা অমস্থুং তাগদবনি হায়না, শ্রীশুকদেব মহামুনিনা তাকপিরমই। নত্রবদি মপানগী কুয়োম অহুম্বা উম্নলা, কৌগী মনুংদা চেং য়াওরি হায়বা খংদবা মীমা,

৪। শ্রীকৃষ্ণনা পয়্ত্মাগী মশক ওয়না, জীব পুন্নমক্তা লৈ শ্রীভগবান কৃষ্ণদা, অভোম্না হায়বা কনা অমত্তা লৈতে,। মপানঁ থোংদা, শ্রীকৃষ্ণগা গোপীগা শান্নে হায়না উন্নবস্থ, মক্ষুংদাদি শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নবা লীলানি :

৫। হায়রিবা লীলা অসিদি, অনাদি কালদগী ভত্তনা শান্ন-তুনা লাক্লিবা, হৌজিকমকক্ষু শানরিবা, শ্রীহরিগী নিত্যরাস লীলানি।

মতম লৈবা থিবিক্তা নিংশিংগদবদি ঃ— লীলা অসি শ্রীভগবান কৃষ্ণনা শান্নবনি। শান্ত দাস্য সখ্য বাসল্য অমস্তুং মধুর হায়না কৌবা, ভক্তি অঙ্গী অরোয়বা থাক, মধুর প্রেমগী মশক ওয়বী, ব্রজগোপীশিংতগা শ্রীভগবান শ্রীকৃষ্ণগা শান্নবনি। গোপী হায়রগা, ব্রজমণ্ডলগী গোপী পুন্নমকপু ; হেক খংনবা নত্তে। যুগ যুগ থুদিংদা শ্রীহরিগী লীলা থুদিংদা লোয়নববী, নিত্যসিদ্ধা ওয়রবী গোপীশিং, অদুগা মমাংগী মপোক কয়া কয়াদা, শ্রীহরিবু নিংজরক্কুনা হন্দকী মপোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা মপুং ফারবী, মুল্লবী গোপীশিংঙবু খংনৈ। মরম অসিনা শ্রীশুকদেব মহামুনিগী য়াথং মতুংইন্না, লীলা অসি পুক্নীং তপ্না, হন্না হন্না পাবিয়ু, তাবিয়ু অমস্তুং শকপিয়ু। শোয়দনা নোংমদি, মনুংগী মমল য়াম্লবা, রস অক্তু খংবা গুমগনি। লীলা অসি সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ ওয়বা শ্রীভগবানগী প্রেমগী মশক ওইবা লীলানি। প্রেমগী মমিনা থমোয়দা তারবা ভক্তশিংগী থমোয়দগী হেল্লবা লীলানি।

ঙগোম্ম রাস হায়বা লীলাসি, মণিপুরদা শ্রীলশ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোক্লম্বনি। মাসিগী মরমদা অথং অহৈশিংনা মহারাজগী

মদা শ্রীগোবিন্দনা তাক্লবদি হায়কনচিংদা কনা হায়রৈ। অমসুং ওইরবসু, অমসু ওইরবসু জগোয় অসি শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মহৈশানা মণিপুরগী লৈশেম সুংশেমথৌদগী লৈয়ক্লনা জগোয়দা, খঙ্ঙ শেমদোক শেমজিন তৌহুনা রাস লীলা হায়বসি সঙ্কীর্তনগী মওংদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী লীলা, রাস অমসুং [illegible] ইশৈ অনা শাহুনা শ্রীগোবিন্দদা কচথিবনি।

জগোয় অসি শায়বদা, অহানবদা নিপা পালা অমা য়াচংবদগী হৌহুনা শক্লে। পালা অসিনা, সুমিদাং পুং ১০ রোম তাবা কাওবা শক্লগা, জগোয়না শিল্লি। কোমুংদদি শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী অনিগী শ্রীমূর্তি লেংথোক্লগা নিংথৌগী মচা মচু, শনা ইকেয়শিং, লৈমশিংনা গোপী ওইনা কোয়হুনা শায়ে। খুদক্তদি অনাং সুপামচা সুপীমচানা কৃষ্ণ অমসুং রাধা শাহুনা, গোপীশিংগা লোইননা জগোয় শায়ে। মণিপুরগী জগোয় রাস হায়বসি য়াম্না লীয়বা অমসুং মৈতৈ জাতিগী খ্বায়দগী অথোইবা জগোয়নি। ভারতবর্ষদা নত্তনা, হৌজিক্তি পৃথিবীগী অচৌ অচৌবা লৈবাক কয়ানস্তু মশক খংলবা অমসুং থাগৎনবিরবা জগোয়নি। জওহারলাল নেহরু মণিপুরডান্স একাদেমী, মণিপুর অসিদা অমন্থু লিংহুনা, মৈতৈ মচাশা নত্তনা, অরাপ অরাপ্পা লৈবাক্তগী ছাত্র ছাত্রী কয়া লাক্লুনা তমজবা অমসুং তম্লিবনি। অশুমদি ওইরগা জগোয় অসিদা শক্লিবা ইশৈসি হৌজিক কাওবা, মীগী মরোল্লা তাংহুনা শক্লি। মাসি মণিপুরগী [illegible], থোইদোকপদি, মৈতৈ জাতিগী ওইনা লেনজিনবিন্তারু [illegible] অরাংপা অমনি। মরম অসিদগী তোয়রবা শ্রেষ্ঠরা [illegible]

চাওরবা ; জগোয়গী ওঝা গুরু পুন্নমকা শরুয়ক্লিবা, ইশৈ পুন্নমক অহু য়েংজয়গা, মাচুদগী ভাব অমসুং রস অহু লোথোকচহনা "জগোর রাস" হায়না কৌবা, লাইন্নিক মচা অসি ইজে। ঐনা অহৈবা অথংবা অমনি হায়না ইজবা নক্তদে । মণিপুরগী হৌজিক হৌজিকী অরাৎপা ময়াম অসি যেন্নবদা, থয়দং মতেং ওইগদয়া হায়দুনা ইজবনি। মসিদা রস কায়বা, য়াহৈ শৈরেং কজদবা, পুন্নমকপু পাবিরিবা ওঝাশিং অমসুং ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা ঙাকপিয়ু অমসুং কজবা য়াহৈ অমসুং শৈরেংনা শিনবিদুনা, জগোয় ইশৈগী মপুং কাহনবিয়ু হায়না, হন্না হন্না থুরুমজে।

মণিপুরদা জগোয় অসি মওং ৫ থোক্না শারৈ। মাচুদি ১। বসন্ত রাস, ২। মহারাস, ৩। নিত্যরাস। ৪ কুঞ্জরাস ৫। অমসুং দিবারাস। অসিনি। অসিগী মন্থুংদা অকোনবগী অনি অসি, মথক্কী অহুমগুবা নিত্যরাসতগী থয়দা থেন্নবনি। য়রম অসিনা, লাইরিক অসিদা মথক্কী অহুম অসিতা মইজরে।

দেশকী চৎনবী, মতম অমসুং ঋতু থায়বদা, থরা থরা থেন্নবনা, শান্নবা মতম চপ চানজবসু, মণিপুরদা শান্নরিবা জগোয় অহুম অসি, পূরান শাস্ত্রশিংগী মত কায়দনা শান্নবা ঙাক্লি।

বসন্ত রাস অসি মণিপুর সনা কোন্থুংদা, শজীবুগী পূর্ণিমাদা শারৈ। থুন্নক্কনা, থরা চোম্বনা কালেন পূর্ণিমা মমাং কাওবা, শান্নবা য়াওই। জগোয়গী মতনা, ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী মতকা চারৈ। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান্দা, বসন্ত রাস অসি, লমদাগী নিমাং তরা য়ারোইমি পানবদগী, থা অমা চুপ্পা শারৈ হায়।

মহারাস জগোয়—শ্রীমদ্ভাগবতগী শ্রীরাস পঞ্চধ্যায়গী মত কায়দনা, ইশৈসু শ্লোগশিং অহুদা সঙ্গ পান্দুনা শান্নবনি। শান্নবদি, মেরা রাফুকপা সুমিত্তা শান্নে। মেরা রাফুকপা অসি মৈতৈ লৈপাক্তদি হেমন্ত ঋতুনি। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতগী শরদকী পূর্ণিমা হায়বা মত অসিগা খরা খেন্নবা উই। তৌইগুম্বসুং থা অনি অনিনা শাবা ঋতু অসিদা, লমদা অমসুং শজীবু থা অনি অসিবু, মধুরস হায়না লৌহুনা পারবদি, লাংবন অমসুং মেরা থা অনি অসি, মশানা শরদ ঋতুগী মথুং চল্লে। অহুনা করিসু কায়বা লৈত্রে।

নিত্যরাস জগোয় অসিদি মতম পুম্নমক্তা শান্নবা য়ায়। নট ইশৈগী অহীং নিতিপরেংগা করিগুম্বা খেন্নবা লৈতে। গোবিন্দ লীলামৃতগী মতনি। অভিসারগী মতমদা খরদং খেন্নে শ্রীকৃষ্ণনা হান্না অভিসার তৌহুনা, বৃন্দা দেবীগা শয্যানচিংবা শেম্বসিদি গোবিন্দ লীলামৃতগী মত নত্তে। শ্রীরাধানা হান্না অভিসার তৌহুনা কুঞ্জদা, কৃষ্ণবু ঙাইগদবনি।

ঐনা লাইরিক অসি ইজবদা, মহৌশাগী ওঝাশিংনা শরুরক্লিবা ইশৈশিংগী মচাক পিবিবা, মরক মরক্তা, ইশৈশিং অহুগী সঙ্গ ঙংবিবা, সঙ্গ অহুগা চান্নবা মৈতৈ ময়েক য়াহৈ য়াতা খিবদা, ঐবু ইতেং পাংবিবগী দমক, পুকচেল চাওরবা ওঝা, শ্রীশোরোৎ-খাইবম পাকা সিংহবু, ঐনা তৌবিমন থংবগী মশক ওইনা, হন্না, হন্না থাগৎচরি।

শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহ
উরিপোক চনম্বম লৈকাই

# শীরম লামায়

| মীয়ৎ | লামায় |
|---|---|



---

# অরানবা চুমথোকপা

মৈতৈলোন্দা ৱাহৈ খরা য়াওরি। মখোই অদুদি মী মীগুগী খোম্থোক্কী মতুং ইন্না বনান ইবা অমসুং অইবা মীনা মানা ২ পাম্বা ইবদা অকায়বা লৈতে। মদুদি :—

খম্বাল খম্বান, চীলবাল চীনবান, লমল লমন, মৈতাল মৈতান, থৌজাল থৌজান, হৈপাল হৈপান, নাইল নাইন, মাইরেল, মাইরেন, লৈপাল লৈপান তমাল তমান, লীল লীন, খুজিল খুজিন শনা সনা, থম্মোয় থমোয়, ইবেম্মা ইবেমা অসিনাচিংবা।

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ৭ | হুমদুনা | উমদুনা |
| | ১১ | তুম্নি | তুম্নি |
| ৩ | ৫ | কোয় | কোয়না |
| ৫ | ২১ | থেক্লা থেক্লা | থেক্লা থেক্লা |
| ৬ | ১৬ | হুককে | হুক্কে |
| ৮ | ১১ | থাগৎচরি | থাগচ্চরি |
| ৯ | ৮ | সুবা | সুত্র |
| ১০ | ৮ | থাগৎচরি | থাগচ্চরি |
| ১১ | ৩ | কৎছৈ | কচ্চৈ |
| ১২ | ৩ | থৈ থৈ থৈ | থৈ থৈ থৈ থৈ থৈ থৈ |
| ১৯ | ৪ | মপুরগী | নূপুরগী |
| ২২ | ১৮ | কাওবিখিবা | কাউবিখিবা |

| লামায় | পরেং | অয়ানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২৩ | ২২ | কাওসিগে | কাউসিগে |
| ২৭ | ৩ | অশাওবা | অশাউবা |
| | ১৪ | য়েক্ত,না | য়েক্ত্না |
| ২৮ | ৩ | উয়ি | উয়ী |
| ২৯ | ১১ | অশাওবা | অশাউবা |
| | ২০ | হয়াওনয়ি | হয়াউনয়ি |
| ৩০ | ৮ | শাওবা | শাউবা |
| ৩৯ | ১ | থবাক্ত | থবাক্তা |
| ৪০ | ৩ | হয়াওরে | হয়াউরে |
| ৪৩ | ৯ | শুয়া | শুয়া |
| ৪৪ | ১ | থোইবা | থোয়বা |
| | ১৮ | নিংথিজনা | নিংথিজনা |
| ৪৬ | ৫ | লাওজৈ | লাউজৈ |
| | ২০ | নীংজয়কপান | নীংজয়কপনি |
| ৪৬ | ৪ | মাহনবিন্দু | মাংহনবিন্দু |
| ৪৮ | ৪ | ভৌবিন্দু | তৌবিন্দু |
| | ১৪ | যোগসন্দ | যোগাসন্দা |
| ৫০ | ১৫ | কাওবা | কাউবা |
| ৫৪ | ১৬ | ওয়গা | ওয়গা |
| ৬০ | ১৮ | হনসিগে | হল্লসিগে |
| ৬৮ | ১১ | ওয়না | ওয়দা |
| ৭৬ | ৪ | তম্বি | তম্রনি |
| ৮৬ | ১৩ | কয়াকৈ | কর্ণাটক |
| [illegible] | ১৭ | ম্যায়কেলি | ম্যামকেলি |

# জাগোয়রাস



## অহানবা মশা

### বসন্ত রাস

খুরুমজবা।

শ্রীশ্রীগুরুদেবগী খুয়া থম্বালবু খুরুমজে।
শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোবুসু খুরুমজে ॥
খুরুমজে শ্রীরাধা, গোবিন্দ অনীবু।
খুরুমজে রাজর্ষি, ভাগ্যচন্দ্র সিংথৌবু ॥

ইবুংঙো মানা হৌদোকপা,—মণিপুর সনা লৈবাক্তা।
রাধা শ্যামগী রাসলীলা, শকচরি ওসি মুমিত্তা ॥
মাসিদা তাল, মেল, রস শৈরেং কায়বা য়াওরুরবদা।
খুরুমজে, ওাকপিয়ু হায়বা, সজাগী খুয়াখাদু ॥

বসন্তদা বৃন্দাবনসী সিংথিজবা।

তাল

নিংথমথাগী ঈংবা লোইরে, বসন্ত লাক্লে।
উরী-রাগী, হৈপাল লৈপাক্ল, লৌয়না য়েঙ্গিং হল্লে ॥
উচেক, রাজা, জীবপুস্বা পুক্লৈং হরাওরক্লে রা।
লৈরক-খুরক, চীংমুং-মামুং হরাক্ত খোয়ানিক্লে।

## তাল

খতু নিংথৌ থুংলরে, বৃন্দাবনসি কজরে।
হৈপাল লৈপাল, নৌনা কীজেৎ হোংলে।
যাতি, যুতি, মালিকা, মালতী, শেকালিকা,
নাগেশ্বর, মকা কম্না শাৎলে।
থোইমু লাবা অমোম্না, কোম্নবা কোম্নবা পাইদুনা,
লৈকা খুদিংদা তোংদুনা ঙংলে।
হৈনৌ মপাল হুমদুনা, কদম থক্তা তোংদুনা,
কুহু কুহু হান্নবা ককিল খোংলে॥

## অহীং অথেংবদা শ্রীকৃষ্ণগী অভিসার

### তাল

বসন্ত অহীংনি, থাবন-না ইঙাল ঙাল্লি।
অরা অনা কাউরে, জীব পুম্বা ঙম্বা তুম্নি॥
ককিলশিং অথেংবদা, খোংলি কুহু হান্নবা।
কালিন্দীগী চেল্লি তপ্না, পোথাবা লৈতনা॥
মিকপ থোক্লক্লে শ্রীকৃষ্ণ, নিংশিংলক্লে রাধা।
কারনবগী রাধম্না, চাক্লক্লে থমোম্ন-কুংদা॥
হৌগৎলে, ইকিং কিংনা বাঁশী খুত্তা পাম্নদুনা।
জেংথোক্লক্লে রাম্না লোম্না, খুনীং কাঙনা কাঙলা।
হম্না হম্না য়েংদুনা।

## জগোয় ৰাস

ভপা ভপা লোয়া লোয়া, চৎলি শ্ৰীকৃষ্ণনা
শ্ৰীৰাধা উনন্নবা, নিকুঞ্জবন্ন ভমচুনা ॥
শাজৎনা শামুবু, ভমজনা নিংখিজরি ।
মায়খোং থাব', জগৎ পূম্বা, ভমহৎনবা থৌনি ॥
কোয় কোয়না চত্তুনা, নিংখিবা মুথু থিজি ।
ৰাস লীলা শায়গে, পুন্নীংদা ৰাখল জৌনি ॥

## মেনকুপ মাত্ৰ ৬

*খোং থীম্না, খুৎ-ম্নৎনা জগোয় শাবি ।
ওই থংবা খুৎনা, মুরুলী পায়বি ॥
খেক্কা নৌনা চৎলি, কেনা কেন্না ।
মীচিনা খুদোম্দ্বা, য়েংনা য়েংনা ॥

রুমু রুমু ঝুণু ঝুণু হায়না ।
ইনীন ঝিল্লি নূপুর মখোন্না ।
জগৎ পূম্নমক ভকহন্দুনা ॥

---

* মতাং অসিদা কনা কনাগুম্বনা, তুমিন্না, লোয়া চৎপা, কৃষ্ণনা, জগোয় শাবসি, ৰস চাদে হায় অহুবু মুমদগী লেংথোক্লকপদা, যশোদা তাবি কিবনা, লোয়া লারুবস্তু, বন য়োৎবগদি, পুন্সীংগী ফুংজাইবা, ৰাধনগী মভুং ইমা, চেনবা চোংবা, অমসুং জগোয় শাবদা অকায়বা কক্তি থৈবে ।

## চূড়া অমসুং নুপুর অনী মহৈ২ থাগৎনবা

### তানচপ মাত্র ৬

লাইবক কৈদা হে নুপুর পামজৈ নংবু চূড়া ঐনা।
তাংলবা শ্রীচরণবু, খোগল কংলি-নুপুর নংনা।
যোগী ঋষি পুন্নমক্না, কংওমত্রবা শ্রীচরম্নি।
নুপুরনা হায়জৈ-হে চূড়া, নংনা লাইবক ফবনি।
শ্যামগী কোক্কী লৈতেংবু, চূড়া নংনা ওইরিবনি।
রাধা নাম্না অমুকসু, নংগী লৈতেং ওইরিবনি॥

### তানচপ মাত্র ৮

যেংউ, তাল চানা চানা, জগোয় শারিবসে।
পুক্নীং মতুং ইন্না, থেক্না থেক্না চৎলিবসে।
লৈনা লৈনা চৎলদুনা, মাইকৈ মরি য়েংলি।
উনা লেংবা উরুরগা, পুক্নীং নৌবা হেল্লি।
ঝন ঝন ঝন হায়দুনা, খোংদা নুপুর ওংলি।
কিনি কিনি হায়না, খ্বাংদা কিঙ্কীনি ওংলি।
শাওংনে, শাবান্নে, শাথেক্নে, কয়া নিংথিরি।
শাজৎ অসি উরুবদা, শামু ইকাইজরি।
নুপুর খোঞ্জেন তাবদা, ইকাইরে ককিনসু।
তুমিন্ তুমীন্ লৈখরে, উশাদা মখোইসু॥
মতৌ অসুম তৌনা, থুংলে কুঞ্জবন্দা।
লেংশিল্লে নুংঙাইনা ব্রজমগী মখোংদা।

কজবা শাথেক্লা, কদমদা ঙাহুনা।
কৌরক্লে বাঁশীনা, রাধা রাধা হায়না॥

## বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা শ্রীরাধাগী খোরাংবা।

তাওনে চান্নরবী! শ্যাম্না বাঁশী খোংসিবসে।
বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা, পুবা ঙমদ্রে থরায়সে।
কম্ম হায়না চৎলুশিগে, হৌজিকসিদা বন্দা।
লৌশিং চাওবী ললিতা, হায়য়ু ইতা ঐঙোন্দা।
ঐগী থরায় অসিদি, বাঁশী মতুং ইনথরে।
মিকুপ অমতা য়ুমসিদা, লৈথিগে নীংদরে।
তোল্লি তোল্লি নুপী মপোক, নীংতম্বা য়াদেদো।
নুপী ধর্ম্ম ঙাক্লিঙৈ, কৃষ্ণ ফংবা ঙমদ্রেদো।

চৎলসি হে ইতাশা, কান্নররোয়-চৎলসি।
বাঁশী খোঙ্গুল লীরুসি, শ্যাম্বু কোয়না থীরুসি॥

## রাধা অভিসার

অসি হায়না ইবেম্মা, ফীজেৎ লৈতেংলক্লে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা, বন-তম্না লেংলক্লে।

## তানচপ অফাকপা

সখীনা থৌগল্লি, ফজবী, নিংথিজরবী।
(ঐ) নিংথিজরবী রাধা. মবুংঙো উজনিংবী।
থৌগল্লি সখীশিংনা, মথোক কারকপী, শামান লেংমান্নরবী
থেক্লা থেক্লা কেনা চৎলিবী। মবুংঙো উজনিংবী।

থরান মিচাক-কুম্না, সখীনা ইকোয় কোয়রি ।
চামর হুম্লি, য়েন্তা ওয়দা, কয়া নিংথিজরি ।
কজবগী মপা লৈতরে ।

## মেনকুপ

মণি কুন্দল নাইম্না, কয়া নিংথিজরি, চুবা অনিদা ।
বনগী জীবশিং, হরাওজরক্লে, নূপুর-খোঙ্গেন তাবদা ॥
তোয়না ২ খোংলি, চীংনা-চীংনা য়েংলি, পুক্নীংগী মুংঙাইবা
কোংদোক্লি ।
অরাবা মুংঙাইবা রাখম্না, রাধাগী পুক্নীংদা লৈতেংলক্লি ।
মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু উনবা, শ্রীরাধিকানা কীংনা চৎলি ।

## তাল

কৃষ্ণবু তত্তনা, খন্দুনা চৎপনা,
উরে পোৎ পুন্নমক, কৃষ্ণ ওইনা
তমাল পাম্বী মাংদা, উরগা পুক্নীংদা
খল্লুরে রাধা, কৃষ্ণনি হায়না,
লৈগী পরেং খুত্তা, পায়দুনা খুদক্তা,
চংখরে ইবেম্মা, হুককে হায়না ।
কৃষ্ণদি ওইরমক্রে, সখী মাংদা ইকাইবে
হল্লক্লে ইবেম্মা, নীংবা কাম্বনা
প্রেম্মা ঙাওরবী, রাধা নিংথিজবী
কৃষ্ণ প্রেম্মা, রামনথিবনা

খোং থাংবা থোক্তরে, মাইকৈ মরি মমখরে,
হায়থরে পৃথিদা খংহৌদনা।
মিপায়রে পূক্লীংদা, সখীশিংনা।

## সখীনা থেম্বা। তাল।

করিনো ইবেম্মা, লেংখৎলো হে রাধে।
কৃষ্ণ লেপ্পা ফংগনি, রাবিনুনে রাধে।
মতম অসি থেংখরে, অরেম্বদা তোক্লনি।
চৎলসি ইবেম্মা শ্যাম্না ঙাইরম্লনি।

## ইবেম্মা লেংখৎপা অমুক লেংলকপা তাল

ললিতা বিশাখা, তুঙ্গবিদ্যা ইন্দুরেখা,
থৌগল্লি য়েৎওয়দা, নিংথিজনা
রঙ্গদেবী সুদেবী, চিত্রা চম্পা চাম্নবী
চামর হু'ম্রি, লৈনা লৈনা খেক্লা॥
অমুম্না শ্রীরাধানা, সখীশিং লোয়ননা,
থুংলে কুঞ্জবন্দা শ্যামগী মাংদা।
থুং অনি লোম্নরে, থরায় হকচাং কৎচরে,
থুরুমজরি, শ্যামগী থুয়াখাদা॥

## শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং

লাকসি লাকসি ব্রজগোপী, ময়াম চংবিন্নকসি।
য়েংউ য়েংউ বৃন্দাবন্না, ঙসি কজরিবসি।
খাজি, যুতিশিংনা, শাৎলি মকা কম্না কম্না।

পাইরি খোইমুশিংনা, লৈকা খুদিং ঙংনা ঙংনা।
অসিগুম্বা নুংঙাইরবা, অহীংসিদা ঐহাক্না।
রাস শাম্নগে থল্লি, নখোই মন্নাম লোয়ননা।

## গোপীনা খুম্বা

তাবিয়ু ইবুংঙো, হে ব্রজগী থা ওইরিবা।
নন্দগী মচা ইবুংঙো, গোপীগী থরায় ওইবা॥
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইবা পিখিয়ু।
মতম লৈবা খিবিক্তা ; খুয়াখাদা থম্বিয়ু।
ননাই ঐখোই, পূন্নমক্সে, ইবুংঙো ননাইনি।
তাকপিবা পূন্নমক, ফীগাও শানা য়াজনি।

### কৃষ্ণ।

নুংঙাইজরে ওস্তোক্লা থাগৎচরি পূন্নমক্তা
করি তৌরি রাধে, লাও ইবেম্মা ঐগী নাক্তা॥

### রাধা কৃষ্ণ য়েৎকা ওইগা ঙানবা। তাল তানচপ।

য়েংউ ইতা অনী অসে, কামগী পূক্নীং ; হুরিবসে।
কনাগা পারুনি অম্পুপ কজবসি।
কজবা ঙম্না খল্লগা, রাশি পূন্নমক হাপ্লগা,
শেম্বরা বিধিনা, অনীগী শকসি॥
শাথেক অহুম থেক্নুনা, লেপ্লি শ্যাম্না য়েৎ থংনা,
ঙাল্লি ইবেম্মনা, ওয়দা থাগুম্না।
মোমোন মোমোন নোক্নুনা, খোইখোয়মবা মীচিনা,

য়েংবিরি গোপীশিংবু, চানবিদুনা ॥
মপোক মপোক খুদি'দা, নিজরি খুয়াখাদা,
ননাই ওইনা, পোকচগে হন্না হন্না।
তোল্লবী গোপীশিংনি চংজক্ম লৈজদবীনি,
হাপ্লিয়ু ভিক্ষা অসে, অনীমক্না ॥

## চালী

হা বিধি নোংদম্বা, করম্না মীৎ-কুপ-হল্লম্বা।
মীৎ-কুপ্লিবৈদা, পেঞ্জহৌদ্রে অনীবু য়েংবা ॥

## সুরা ইশৈ! চালী

যমুনা মপান্দা, রাস মণ্ডল ময়ায়দা।
পরেং লেংলি গোপী কোয়না, বসন্ত অহৌংদা।
যন্ত্র পুম্বা শুনা পায়রে; বৃন্দানা লাংছুনা।
রাগ হৌরে গোপীনা, তারি রি রি রি হায়না।

## তিন তান।

রাধা গোবিন্দনা, ময়ায়দা নিংথিরি।
ব্রজগোপীশিংনা, অনীবু খুরুমজরি ॥

## মেন

ব্রজ-বৃন্দাবন্দা, যমুনা মপান্দা
চীক্লবা বন্দা, শান্নরি নুংঙাইনা-শ্রীকৃষ্ণনা।
ব্রজ-গোপীশিংনা, জগোয় শারি কোয়না।
মালিকা মালতী শাৎলি, লৈকা কম্না কম্না ।

পাইরি ওংনা খোইমূশিংনা, লহি-চুপকে হায়না।
ওয়াল্লি শ্রীরাধানা, সনাগী উরি-ওয়া,
অগোর শানা-২ শ্যাম, ইবেম্মদা ইল্লি পানা॥

মেন

য়েংউ ইতা বৃন্দাবনসি, কয়া নিংথিজরিবা।
লুংশি লুংশিরবা লৈ-মনয়া, কয়া পূক্লীং হুরিবা।
শাৎলি যাতি, যুতিশিংনা, মালতী মালিকানা।
কদম থক্তা তোংলম্লনা. খোংলি তেনরাশিংনা
থাগৎচরি রাধাকৃষ্ণ, নিংথিজরে হায়না।

তান-চপ

য়েংউ ইতা করি হায়না, পান্দমসিবা।
শ্যামগী ওয়দা রাধানা, কয়াদা নিংথিজরিবা।
শ্যামগী ওক্তা কুন্দ-পরেং, রাইগী ওক্তা মুক্তা পরেং।
নোংগা নোংথাঙ্গা মরক্তা, পাইবা মাল্লি উরোং পরেং।

ত্রিপুত-(তেওরা)

থুরুমজৈ শ্রীহরি; মুকুন্দ মুরারি;
গিরি-ধারি হে কৃষ্ণচন্দ্র।
কজবা শা-থেক্লা; খোইখোয়বা মীৎয়েংনা,
গোপী পূক্লীং, হুরিবা গোবিন্দ।
শ্রীদামগী চায়-খোইবা, যশোদাগী থরায়-ওরবা,
শ্রীরাধাগী মবুঙো, হে-কৃষ্ণ।
ইবেম্মগী রাথক্লা, নোংজু মুংশা থাক্তানা,

যন-খুদিং যগ-শেম্লিবা, হে কৃষ্ণ।
শরায়না লৈ ওইনা, নীংজবা চন্দনা,
কংচৈ খুরা-খাদা, লৌখিয় কৃষ্ণ।

## অনীকপা

য়েংউনে ইতাশা, শ্রী-রাধা কৃষ্ণ অনিমক্তা, অপোম্ব শাথি শ্রী-রাস মণ্ডল ময়ায়দা, থাবু অনী থোকমিন্নবি। য়েংউ ইতা কয়া নিংথিজবি। নোং ওইরি কৃষ্ণনা, নোংথাং ওইরি শ্রীরাধানা, নোংগী মরক্তা নোংথানা, কয়া কজনা উবি। ব্রজ গোপী ঐখোইগী, লাইবক অসি কয়া কয়ি। য়ুমদস্থ বন্দস্থ, কুপ্ত খুদিংদা, অনীগী কুমৈ য়েংবা কংজবি।

## মেন তামচপ

নিংথিয়ে কজরে, পান্দমনিংতায় লৈতরে।
কয়া হৈমা, শারিবা অনীমকসে।
য়েংউনে ইতাশা, অনীগী কজবসে;
থা কোটি হেন্না, নিংথিজরিবসে।
তোংজয়ে নীংজবগী, ব্রজ-গোপী ঐখোইগী,
কাত্যায়নী বয়, মহৈ য়ারে।
যোগী ঋষিশিংনা, যুগ কয়া নীংহুনা,
কংব্রবা সেবা, সিদ্ধি কংলে॥

## ব্রহ্ম তাল

কঞ্জাদা কজনা অপোম্ব শাখি, সখীশিংগী মরাদলা-কৃষ্ণ।

যন্ত্র পুন্নমক শুনা তিল্লে, তাবলা পাখায়াজ, মুরুঙ্গ লোইনা তাল চান। য়ৈরক্লে। সখীশিংনা ইশৈ শক্লি, য়ৈরি ব্রহ্মতাল ইন্দ্র তাল, একতাল, প্রথম তাল, য়ৈরক্লি থৈ থৈ থৈ হায়না রাধা কৃষ্ণ অনী জগোয় শারি, রুনু রুণু নূপুর কিরি কিরি কিঙ্কীনী, মখোল্লা কযাদা নুংশিরি, থেক্লা নৌনা অনীনা চৎপদা ॥

## তাল মেনকুপ

শ্রীরাধা কৃষ্ণনা খুৎ অনী পায়নহুনা
জগোয় শারি লৈনা লৈনা।
জগোয অসি উকবা ঙাওরে জীব অপুম্বা।
শাবক্লে জগোয নুংঙাইনা ॥
লৈকা খুদিংদা খোইমুনা কদম থক্তা রাহোংনা
শারি ঙংনা, নোয়না নোয়না।
লাইশু শারি স্বর্গদা লৈ চাইথরি অনীদা
খুবাম খুবাম থম্না থম্না।
যমুনাদা ইথক্লা গবর্দ্ধন্দা উপান্না
শারি জগোয় ইপোম হৌনা।
উশাদা তেনরানা রাধা কৃষ্ণ য়েংহুনা
থাগচ্চরি কজে হায়না ॥

## মেনকুপ

নুংঙাইরবা অহীংদা বাধাকৃষ্ণ অনীমক্লা।
জগোয় শারি নিংথিজনা. লৈনা লৈনা থেক্লা ২ ॥

জগোয় হৈবা কৃষ্ণনি, জগোয় হৈবী শ্রীরাধানি।
অমনা হেন্দে অমনা রাস্তে, জগত্তা 'তাংবনি॥
জগোয় শাবদা হৈশিংবা, পুরুীং অনী মুংঙাইনবা
কোংদোক্লি, জগোয় খুৎথেক্লা, কয়াদা পুরুীং হুরিবা॥

## মেনকুপ

কয়াদা নিংথিরিবা! য়েংউ ইতা রাধা শ্যামগী মায়থোং থম্বাল অসে।
য়েংউ লাওনে চান্নবী, ফেংলিমথৈ পেনবা, নাইদরে ফজবসে॥
শ্যামগী কোক্তা নিংথিজবা চূড়া, রাধাগী কোক্তা সনাগী ঝাপা।
চূড়া ঝাপা অনীমক্লা, য়েংউ লংলিবসে, মান্দরা নোংথাং কুপ্পা॥
শ্যামগী খ্বাংদা সনাগী ফীগে, রাধাগী খ্বাংদা অশংবা সারী।
ফীগে সারী অনীমক্লা, চুমথাং খনবগুম্না, কয়া নিংথিজরি।

## তানচপ

ইলং লংলিনে ইতা।
মণি মুক্তানা অনীগী ঙক্তা
শ্যামগী ঙক্তা মণিগী পরেং।
রাধাগী ঙক্তা মুক্তাগী পরেং,
শ্যামগী ঙক্তা বৈজয়ন্তী।
রাধাগী ঙক্তা গজমোতী
নোংগী কুচু ঙমজবা শ্যামনি।
নোংথাংগুম্না ফজবী রাধানি॥
নোংগা নোংথাংগা ঙানমিন্নরি।
য়েংউ ইতা কয়া নিংথিজরি

কজবগী পান্মমকম খংদে।
য়েংজবগী অপেনবা নাইদে॥

## তান চালী

হে ব্রজগী থা ওইবা, পিনবিয়ু ননাই ওইজবা।
নীঁজে থরায় ওইবী রাধে, ননাই ওইনা ভুংইনজবা।
মপোক মপোক খুদিংদা, ওইজরুগে ননাইগী ননাই।
হয়া হয়া নিজরুগে খুয়াখাগী ওইজবা ননাই।
চানবিয়ু ননাই গোপীবু, প্রেম সেবা কংহনবিয়ু॥

## চালী অরৈবী

অনীগী কজবসে মিকুপ খুদিংগী হেলংলি।
কয়া নিংথিজরিবনো, জগৎপু শুমহুৎলি।
য়েংউ য়েংউ ইতাশা, নীংজবগী মহৈ য়াল্লি।

## চালী প্রার্থনা

রাসেশ্বরী শ্রী-গোবিন্দ, থৌজানবিয় গোপীদা।
পিনবিয়ু, ননাই ওইনা পোকচরা।
তোল্লবা মপোক কংজগে, অরাবা কয়া খাংজগে
ঙমজগে নংগী, নামতদি শোঞ্জবা।
ভাগ্যচন্দ্র তোল্লবনি, নংগী সেবা নীজবনি,
পিনবিয়ু নংগী, প্রেমগী সেবা॥

## প্রার্থনা

হে রাধে হে কৃষ্ণ, থৌজানবিয় গোপীশিংবু।
তোল্লবীনি খনবিদুনা, চানবিয়ু ননাই ঐখোয়বু।

থম্বিয়ুনে অনীগী খুয়াদা, অনীগী খুয়াখাদা ॥
থরায় হকচাং পুম্নমকসে, কচ্চরিনে অনীদা।
পোকচরুগে হয়েংমুক্তা, কুঞ্জ শংবী ওইনা।
কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা, পুবিয়ু ননাই ওইনা।
ভিক্ষা অসে নিজরিনে, হাপ্পিয়ুনে অনীনা ॥

—০—

## ভঙ্গী পরেং তাল ভুযনা মেল

ঙান্থোইরি শ্রীরাধা গোবিন্দনা। ৩।
*রালং। কয়ানিংথিরি। কয়াদা নিংথিজরি।
রাস মণ্ডল ময়ায়দা, ঙান্থোইরি থাগুম্না ॥
য়েংউনে, থরান মিচাক্‌ম্না, কোয়রি সখীনা
সখীগী ময়ায়দা, নিংথিরী শ্রীরাধা শ্যাম্না।

### তানচপ মাত্র

শ্রীরাধা শ্যাম অনিরা, জগোয় শারি নিংথিজনা।
গোপী পুম্নমকস্থু শারি, অনীমক্তা লোয়নত্নুনা ॥
খুৎকা খোংগা শারি থেক্না।
হকচাং পুম্নমক অসিনা!
ইলং লংলি লৈতেংশিংনা ॥

### তাল মেনকুপ মাত্র ৬

য়েংউ, কয়া, নিংথিজনা শারি, কয়া নিংথিজরি।
রাহোংশিংনা শাবা মতৌগুম্না কয়া নিংথিজরি।

---

*রালং=রাহৈ লৈতেং

নোংদোনগী থাজ মায়থোং মকশিল্লে, ব্রজগী থানা হেল্লে।
রালং। হেল্লে ব্রজগী থানা হেল্লে। এ হেল্লে, এ হেল্লে।

তানচপ।

কজবী গোপীনি রাধা নিংথিবীনি।
য়েংবদা শ্যামগী, পূক্নীং হুরি।
থাবল্লা কবনে, লৈনা ঙৌনা শাৎপনে,
গোপী পুক্নীং ইনৌ নৌরি।
কৃষ্ণ প্রেমগী ইথক হৌরি।

মেনকুপ মাত্র ৮

মীচিগা মীচিগা য়েংনরি. অনী।
শকহেনবী রাধানি, গুণলৈবা শ্যাম্নি।
শকস্থ, গুণদস্থ, হেন্ন-দবনি।

তানচপ মাত্র ৮

অনীগী লীলাবু, কনানা হায়গনি।
রস খিবিক তিল্লবা, জগোয় রাসনি
থোইমু ওইনা চুপচনীংবা, গোবিন্দ দাসনি
ভঙ্গী পরেং লোইরবা

# শ্রীকৃষ্ণগী নায়তোম জগোয়।

তুইতান মাত্র ১২

শ্যাম্না মথন্তা জগোয় শারি, লৈনা লৈনা চোংনা।
মীচিনা খুদোল য়েংচনা, কেনা কেনা থেল্লা থেল্লা।

শারকপা জগোয়গী খুৎথেক্লা।
কেরকপা হকচাংগী শাথেক্লা॥
য়েংলকপা মীচিগী তেম্না।
ঙমহৎলে পোশাশিং ঙম্না॥

কোক্তা থোল্লিবা চূড়ানা।
ঙক্তা শিরিবা মুক্তানা॥
ঙাল্লে কুঞ্জবন লোইনা।
হেল্লে কজবা ঙক্লা॥

বৈজয়ন্তী পরেংনা ঙক্তা।
কৌস্তুভ মণিনা থবাক্তা॥
য়েংউ অনৌবা নোংলক্তা।
নোংথাং কুপ্পা গুম্নি মীওা॥

থাজমানবা মায়থোং থম্বান।
মোমোন মোমোন নোকপা চীনবান॥
রাশি খিখিক তিনবা মীৎপান॥
ওইরে প্রেমগী হৌকম উপান॥

## মেনকুপ অতপ্পা।

অনৌবা নোং ঙমজবা, মুনা পূক্রীং হুন্নিবা।
য়েংড্ডু হীনা কুচুসে. বিধিনা কমম শেম্লবা।

## মেনকুপ অতপ্পা

হৈ, শিংবা বিধিনা, শেম্বরা শ্যাম (কৃষ্ণ) ওইনা,
ব্রজগোপী পূক্নীং হুননবা।
নত্তে গোপীশিংদা, য়েংউ কুঞ্জ বন্দা;
শুমহৎলে ওম্না, জীব পুম্বা॥
কোকথক্কা চুড়ানা, নোংথাং কুপ্পা শুম্না,
ইলং লংনা কয়া, নিংথিজরি।
কজবা শাথেক্লা, ওয়রোমদা চেপ্তুনা,
রাধাগী পূক্নীংবু, হুরি॥

## পুংলোন জগোয়। মেনকুপ অথুবা।

য়েৎলোমদা ওয়রোমদা, চোংতুনা শারি।
বিশাখা সখীনা,, পুংলোল য়ৈরি॥
তাল চানা, খোং-থীন্না, লৈতুনা চৎলি।
গোপীশিংগী পূক্নীং, লাংতক্নহল্লি॥
খিৎতাং ততাখিতা, থেস্তা থেস্তা।
তাথেস্তা তাখিতা, থেনধিস্তা থেনধিস্তাং॥
খোংদা খোল্লিবা, নপুর মখোন্না।
খোংলি রুনু রুনু, রুনু রুনু হায়না॥
খ্বাংদা কিঙ্কিনীনা, ওংলি তোয়না তোয়না।
কিনি, কিনি, কিনি, কিনি কিনি হায়না॥
পান্দমনিংঙায় লৈতরে, শ্যামগী জগোয়।
শুমহৎলে লোয়না,. গোপীশিংগী থমোয়॥

## মেনকুপ তাল অনি

খুঙ্গীল তরাসিনা, থাবু হেয়া ঙাল্লি।
নিংথিজবা ঙক্সা, লৈগী পরেং থোল্লি ॥
খৃাংদা থোল্লিবা, শনা ফীগে মঙায়া।
খোংদা থোল্লিবা নপুরগী মখোয়া ॥
ঙাওহল্লে ব্রজগোপী, পূন্নমক লোইনা।
খোংদোপ্লে, খুৎদোপ্লে, খোংজীনে, খুজিনে।
লীক্লে, কোয়ে, তায়ে, অঙকপা ফংলেনে ॥
উদরে উনিংই, উরুরে হেক্তা ঙাওই।
অঙকপা শকক্মি, মিকুপ খুদিং নৌই ॥

## তানচপ অকুংবা

খোংথাং খুদিং নপুর, রুনু ঝুনু হায়রি।
খুৎ অনি থাঙ্গৎলি, চোংহুনা লৈরি ॥
পুং রৈরি বিশাখা, তাল থারি ললিতা।
তা তাতা থৈথৈ, দৃগি দৃগি দৃগিতা দৃগিতা ॥
দৃগিতা দৃগিতা দৃগিততা হায়হুনা।
তাল চানা চানা, চোংনা শারি শ্যামা।
ব্রজগোপী পূন্নমক্কী, পূক্নীং হুনা।

## চালী জগোয় অতপ্পা

শ্যামগী মায়থোং থম্বাল অসি, কয়া নিংথিজরিবা।
য়েংউ য়েংউ চান্নরবী, কয়াদা পূক্নীং হুরিবা ॥
মোমোন মোমোন নোক্লহুনা, ঐখোইবু থৌজানবিরি।
ভাগ্যচন্দ্র তোল্লবনা, থরায় হকচাং কচ্চরি ॥

থৌজানবিয়ু হে কৃষ্ণ, খুয়া খাদা থম্বিয়ু।
রালং। তোল্লবীনি খনবিদুনা॥
মপোক মপোক খুদিংদা, প্রেমগী সেবা পিনবিয়ু।
থরায় মণ্ডা কচ্ছরিনে, হে ইবুংঙো লৌখিয়ু॥

## রাধাগী নায়তোম জগোয়

## তানচপ অকুংবা

জগোয় শারি, শ্যামগী পূক্নীং হুখী।
চাম্নবী সখীনা, কোয়না থৌগল্লিবী॥
থরান-মিচাক-লক্তা, শত্নীক থবা গুম্বী।
গোপীগী মরক্তা, খ্বাইদগী অথোইবী॥
শারি রাধা থেক্লা থেক্লা, নোয়না নোয়না।
শ্রীগোবিন্দগী পূক্নীংবু, গুমহন্তনা॥
জগোয় খুৎথেক উবদা, লাইগী মুপীনা।
অঙকপা কংলে, মন্ডা ভীলতমানা॥

## চালী

থাবু গুমজবী রাধে, নিংথিজৈদা ইবেম্মা।
প্রেমগী মশক ওইবী, বৃন্দাবনগী মবেম্মা॥
কিলকিঞ্চিতনচিংবা ভাব কুম্না লৈত্তেংবী।
হাব ভাব হেলা, শোভা কান্তি, দীপ্তি, মাধুর্য্য, প্রগলভত॥
ঔদর্য্য, ধর্য্য, লীলা, বিলাস, বিচ্ছুতি, কিলকিঞ্চিত।
মোটয়িত, কুটমিত, বির্ব্বক ললিত বিকৃত॥

## তানচপ চালী

শনাগী থম্বাল মানবী, শজী মীৎতা ওমজবী,
শ্রীকৃষ্ণগী চায়থোইবী।
লৈবু হেয়া থোৎলবী, থোৎলবী, থো-ওৎ-লবী,
ফুদোংলবা শনা গুম্বী॥
কৃষ্ণতবু নীংজবী, প্রেমগী মশক ওয়রিবী,
মহাভাবনা, লৈতেংবী।
থোৎনা নৌনা কজবী, রাশি গুমা চংথোনবী,
শ্যামগী পুক্নীং, গুমহৎলিবী॥

## মেনকুপ অকুপ্পা

য়েংউ য়েংউ ইতাশা, রাধাগী মায়থোং অসে।
থা কোটিবু কেমা নিংথিজরি।
মায়থোং থাবু উবদা, নোংদোন থানা লৈচিন্দা,
য়েংউ কয়া ইকাইনা লোচ্চরি”
রাধাগী জগোয় উবদা, লোৎখ্রে রাহোং পুম্নমক্না।
উশাথক্তা, য়েংজৈ লোয়্না লোয়্না।
তুংদা হাইরি বেণীনা, লীলবু হেয়া নিংথিজনা,
ওক্লি রাহোং শিংনা, লিম্লি হায়না,

## তানচপ

খরাংচাক্কী শাজৎকুম্না, তকিং তকিং চৎলি।
অমুকস্থ লেপ্পুনা, লৈনা লৈনা জগোয় থেক্লি”
থোংদা ন্নপ্পবনা, ঝন ঝন হায়না ওংলি।

গোবিন্দ দাস, সখী ভৃংদা ভক্তি কৎলি।
রাধা জগোয় উবদা, মীত্তা ইরা চেল্লি।

তানচপ

শ্রীরাস মণ্ডল ময়ায়দা; জগোয় শাগ্নি ইবেশ্মনা।
তাল থাগ্নি শ্রীকৃষ্ণনা, পুং য়ৈগ্নি বিশাখা সখীনা॥

মেনকুপ ময়ায়।

শরা হেনবনে, গুন্না লৈবনে, লৈত্রে জগত্তা মাল্লবী।
খুজেংনা নৌবনে, জগোয়না হৈবনে, ওক্লে মহাদেবী।
মীচিনা য়েংলি মবুংঙোদা, ফল্লপ ফল্লপ ফজবী।
তপ্পা তপ্পা খোং থীল্লা, জগোয় থেক্লি।
য়েত্তা ওয়দা লৈনা লৈনা, কেনা চৎলি।
খোংথাং খুদিং নুপুর, রুনু রুনু রুনু হায়বী।
কীগে 'শংবা শেৎলিবী, শ্যামগী পূক্লীং হুরিবী॥
শ্যামগী থরায় ওইরিবী, গোপীশিংগী লৃচিংবী।
থেক্লা থেক্লা শারিবী, কেনা কেনা চৎলিবী॥

তাল চালী

চীনবালনা তৈয়ালবু, ওমজনা নিংথিজবী।
মোমোন মোমোন নোক্কনা শ্যামগী পূক্লীং হুরিবী।
মণি রতন খিবিক্লা, হকচাং খুদিং লৈতেংবী।
পুল্লিবা বেণী অসি, কাম যন্ত্রগী মশক্তি।
বেণী নত্তে, বেণী নত্তে, শ্যামগী পূক্লীং হুফম্নি।
লিনগী মওং মান্না মুনা নিংথিজবীনি।
কৃষ্ণগী থরায় থম্লিবা, রাধাগী বেণীনি।

## চালী

নিংথিজৈদা ইবেন্মা, বৃষভানুনা পোকচবী।
শাম্ন শাজৎ ওমজবী, শজী মীত্তা মাল্লবী।
থৌজাল হৈবী হে রাধে, জগৎকী মমা ওইবী।
থৌজালবিয় গোপীশিংবু হে থৌজাল হৈবী।
শ্রীরাধা জগোয় লোইরবা।

## আবির চাইনবা লীলা

### তানচপ ময়ায়

নিধুবন্দা লেংলক্লে; গোপীগা শ্যাম্না।
আবির চাইনৈ, গোপীশিংগা শ্নংঙাইনা॥
পীচকারি পায়দুনা, কুমকুমগী মহিনা।
কাপ্লি শ্যামদা হন্না হন্না, ব্রজগোপীশিংনা॥
লেপ্পা ওমদ্রে কৃষ্ণ, চেনক্ষম য়েংলে কোয়না।
কোয়না কোয়না চেল্লি, তাল্লি রাধিকানা॥
কয়ম চেন্নি লাওরি; গোপীশিংনা নোক্লা নোক্লা।
ভানুনা পোক্লবী রাধা, তাল্লি নতুং ইন্না॥

নংগী ইকাইদবা তৌবিন্নু।
নুপীনি ঐখোইসে কীবিন্নু।
কয়ম হায়না কাওবিখিবা।
যমুনাদা কী লোৎপিখিবা।
নংনা কদম থক্তা নোকখিদে।
ঐখোইনা যমুনাদা লোৎলিদে।
মতম অহু; কয়ম কাওসিগে।

চেনবিনু শ্যাম, লমদা শিংজগে।
কদম্ব থকী লমদা শিংজগে॥
অসি হায়রবহুনা, কাদে ইবেম্মা।
শুকশী খুত্তা, খুৎনা পায়রমুমা॥
সিংথিজদে য়েংবদা ইচক তাক্লু।
অশংবা থম্বাল, শনাগী থম্বাল।
থম্বাল অনি, পূম্না শাৎলে।

তানচপ অকুংবা

আবির অমুক চাইনরি, শ্রীরাধা গোবিন্দনা।
খুৎক খুৎকা পায়নহুনা, মোমোন মোমোন নোক্না॥
আবির খুবাম থন্না পায়হুনা।
চাইরক্লে কৃষ্ণ ফুইনা ফুইনা।
রাধাগী পাজল লৈরক্তরে।
কীজীনা কম্মুনা খাংখরে।

সখীগী বাক্তাং

লাওনে ইতা চায়বীশা; থাম্‌সিনে।
ইবেম্মসে ইবুংঙোনা, লাকচখিজেনে।

চারী তাল

তাইখো তাইখো শ্রীগোবিন্দ, অমুক্কদি তাইবিখোনে।
ইবেম্মগী মতৌ অদে, ঐখোইনা য়েংখো তারেনে।
পাজল শোনবী শ্রীরাধানি, খুজীদী অকক্কা পোকপীনি।
খুজীদা পামোম মিংশিন্থ; মীনা থীন্না তানুবিনি।

## তানচপ

খংজয়ে ইবুংঙো, নুপী হাৎপা পুকচেলদো, খংলিবা গোপীনি। রালং। হে কৃষ্ণ! যনস্থ হাৎখিবা নংনি, নুংশি হৈতবা নংগী, মহৌশাগীনি।

## তানচপ

আবির চাইবা, লেপ্লিয়ে। শ্যাম ওক্লে।
রার মাল্লে ইবুংঙো, হুমাংনা খৌগল্লে।
থাবু হেনবা মায়থোং অসে, লাংশিল্লে।
ননাই ঐখোই য়েংজবা ; য়ায়া রারক্লে।

অসি হায়রছুনা, ব্রজ গোপীশিংনা।
চামর খৌগঞ্জুরি, পুক্লীং হুরাওনা।
রাধা কৃষ্ণ অনি, য়েৎকা ওয়গা ঙাল্লে।
মনাই দাস গোবিন্দগী, নীংবা থুংলে।

## চালী

অসুম তৌনা শাগ্নে, শ্রীরাধা কৃষ্ণনা, নুংঙাইনা নিধুবন্দা।
কুঞ্জবনগী জীব পুম্নমক নুংঙাইজরে, অনীগী কুমৈ উজবদা।

ময়ায় কারবা শ্রীকৃষ্ণনা
শাগ্নে গোপীশিংগা মনীংতম্না।
কনাদা কোল্লি, কনাদা চুপই।
উবদা রাধা, পুক্লীংদা শাওই।

কাহেনবা শাজৎ, শ্যামগী মতৌ উহুনা।
রারৌরে ইবেম্মা, লেংখ্রে সখী পুন্থনা ॥০॥

## চন্দ্রাবলী জগোয়

### চালী

জগোয় শারি, চন্দ্রাবলী নিংথিজনা।
শ্যামগী মাংদা, থেল্লা নৌনা কেনা ২।

### চালী

লাইবক্তা চন্দনা, লরাইদা সিন্দুরনা,
ইলংলংনা, কয়াদা কজরি।
মীৎলুদা কাজন্না, নাপদা মাইন্না,
শ্রীকৃষ্ণগী, পুন্নীং হুরি ॥

চন্দ্রানা কৃষ্ণদা হায়জবা।
চান্নথোইবা ইবুংঙো! হায়জরি ননাইনা তাখিয়ু।
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওয়না পোকহনবিয়ু।
থরায় মঙাসি, কচ্চরি খুয়াদা, ইবুংঙো লৌবিয়ু।

### চালী

য়েংঙ চন্দ্রাবলী, শারি জগোয় শ্রীকৃষ্ণগা।
কয়াদা নিংথিজখি, শারি তুংগা মাংগা।

মোমোন মোমোন নোক্লৈ, লৈগী পরেং হুক্লৈ।
শৈব্যা পদ্মা খোয়না, লাওরি কজৈ কজৈ।

## রাধাগী অশাওবা (মান)।

য়েংউনে ললিতা, চান্নবী বিশাখা নংবু।
করম য়েংউ হায়বগে, চন্দ্রাগী নুংঙাইববু।
লাইবক থীবি ঐদি, শ্যাম্না মীরায়বিরে।
চৎলসি ইতাশা, থমোযসি কাযখিদৌবে।

লেংখরে ইবেম্মা, অতোপ্পা কুঞ্জদা।
রারক্লে ইবুংঙো, ইবেম্মা মাংথ্রবদা।
সংসার মায়া পক্ত্রবা কৃষ্ণচন্দ্রবু।
থাবা ওমদে মক্ত্রবা, রাধিকাগী প্রেম্বু।

মিকুপ অমমম্বু, যুগ চাম্না ওইনা খল্লে।
চন্দ্রা হুক্লেরক্লগা, কুঞ্জ খুদিং থিরক্লে।
রাধিকানা কাউবম্বা, নমথাং ওক্তা য়েক্তুনা।
থিরক্লে কোয়না কোয়না, উখোং খুদিং চংহুনা॥

## শ্লোক ইশৈ

অরাবনি ঐবু করি ওয়রসিগে, ঐহাক্তি মাংলেদো।
কায়নবা মৈগা, অশাওবগা লোয়ননা, লেংথ্রে ইবেম্মাদো।
রাধা য়াওদ্রবদা, হাংলে কুঞ্জ অসি, হৌজিক অসিদা।

হুকচাংদা থোনবা ; নমখাং অসি কাওবা।
শাউবনা ইবেম্মা, খংখিদরে তাহৌবা।
হে উরি রারীশা, তাকপিয়ুবা ঐঙোন্দা।
শ্রীরাধাবু লাকপরা, মায়কৈ অসোমদা।

হায়য়ু হায়য়ু বনগী জীব খুরুমজৈ নখোয়দা।
চিংবিয়ু কৃষ্ণ ঐবু ; রাধা লৈবা মকমদা॥
হে ইবেম্মা রাধে ! করি লমদা লৈরিবা।
লাক্লো ইবেম্মা, কোকপিররো ঐগী অরাবা।

## সখী ওক্লবা :

কৃষ্ণ।—চান্নবী সখীশা, কদাইদগী লাকপগে ?
থরায় ওয়বী ঐগী রাধা, কদায়দা উবগে ?
সখী।—হে ইবুংঙো শকহেনবা, লৈরাং খুদিং লৈহি পাম্বা।
নত্তো উবদা পেন্দুনা, ওইরমগনি লোৎখিবা।
তাবিয়ু ইবুংঙো ! রারৌ চাওবী রাধা, লোৎলিবনি কুঞ্জসিদা
লেংশিনবিয়ু কৃষ্ণ, য়াম্না ভক্তি তৌনা, হায়জবিয়ু ইবেম্মদা॥
সখী মতুং ইন্না শ্যাম, লাক্লে রাধাগী মাংদা।
সখীশিংনা নোল্লুক্না, হঙ্গৎলকই ইবেম্মদা।
সখী।—তাবিয়ু চান্নবী, ননাই ঐখোয়না হায়জরি।
লাল্লে খংনা কৃষ্ণনা. খুণ্ণাখাদা নোঙ্গরি।
রাধা।—হায়বিরনু ইতাশা! শ্যামগী মরা তাজনিংদে।
কৃষ্ণ নীংবা মীনা, কপ্পনা তোকপা তৌনদে।

মুনি ঋষি কয়া, মাবু নীংলি চাদ থক্তনা।
ভক্ত কয়া কয়ানা, চৎলি কোয়না ঙাওহনা।
য়েংউ ইতা কনা কনা, মীওয় চাবা য়াওবগে?
অমুবনা মপুক শেংবা, করি লমদা লৈবগে?

কৃষ্ণ।—হায়নিমু রাধে, থাদোকপিয়ু নংগী অশাওবা।
ঙাকপিয়ু চানবি হৈবী, ঐগী ইরাল অপুম্বা॥

রাধা।—মুংঙায়গনি খল্লুহনা, নীংজরুরে মাবু লাম্না।
অমৃতনি খল্লুবা, হু ওয়ররে ঐঙোন্দা।
মাগীদমক মীংচৎ থীরে মহাকুম্ব মুংশিবিদ্রে
কান্নদরে পুন্সিসে, শিরগে যমুনাদা॥

সথী।—অশাওবা থাদোক্লো, পূক্নীং তপ্নিয়ু রাধে।
শ্যামগী মতৌ য়েংজবা, ওন্থোক্লা রারে রাধে॥
ইবেম্মনা (অনীনা) শাউরগা, ঐখোয়গী লৈকম লৈজদে।

কৃষ্ণ।—ঐনা লানবা ঙাক্লি, ঙাকপিয়ু চানবিহৈবী।
থৌজাল হৈবী হায়বা নমীং, মাংখিনি মুংশিবী।
কনাগী দমক্লো রাধে, ঐনা পোক্লিবসি।
বন খুদিং কোয়হনা, যনবী যন্নাও শেল্লিবসি।
পিনবিয়ু নখোং থম্বাল, হাপচগে কোকথক্তা।
ঈংজগে ঐগী থরায়, চাক্লিবসে মৈথক্তা॥

সখী।—হে রাধে ইবেম্মা, নবুংঙোনা খুঙ্গমজরি।
নিংথিবা চূড়ানা, নখোং থম্বাল শোকচরি।
শনা কীগে কীজীনা, ঙকশমদা য়েত্তুবা।
ওল্লি পৃথি লৈমায়দা, রাধা রাধা হায়ল্লুনা।

সখী।—ঙাকপিয়ু ইবেম্মা, শ্যাম্না লানবা পুন্নমকপু, ইবেম্মা।
শ্যামগী থরাই থাগদৌরে, কনবীয়ু রাধে; ইবেম্মা।
ভাম্নুনা পোল্লবী, হায়জরি নোল্লুরা, মহাভাবনা তিল্লবী রাধে
রাধাগী শাওবা নেমখরে, মবুংঙোবু কোনথৎলক্লে।
ভক্তি প্রেমগা লোইনল্লুনা, থরায় হকচাং কচ্চরক্লে।

য়েংউ, রাধা কৃষ্ণ মুংঙাইনরি।
ভাম্নুনা পোকপী, নন্দগী মপারি।
অনিগী নীংনবা থুংনরি।

## সখী সেবা মেন

নীংবা ওয়া থুং লল্লুনা, লেংথোক্লক্লে রাধা শ্যাম্না,
লৈতেং পুন্নমকপু, অমুক থোল্লে।
সেবা খংবী সখীশিংনা, ভক্তি প্রেমগা লোয়নননা,
মাগী মাগী সেবা, কচ্চরক্লে॥

## চালী অরৈবী।

মুংঙাইরে কজা'রে, রাধাকৃষ্ণ জগোয় শারি।
মীৎকা মীৎকা য়েংনরি, পুক্লীং অনি হরাওনরি॥

থুরুমজরি শ্রীরাধা, গোবিন্দ অনিবু।
খুয়া খাদা থম্বিয়ু, ননাই ঐখোইবু।
লৈগা লোয়ননা, কচ্চরি থরায় মঙাবু।
রাধা শ্যাম অনিনা ঙাম্বোইরি।
শ্যামগী ওয়দা শ্রীরাধানা থৌগঞ্জরি।
থৌজালগী মীৎয়েংনা, অমৃত থিকপিরি।

## যুগল আরতি

কুঞ্জবন্দা রাধা শ্যাম্মা, কয়া নিংথিজরি।
ব্রজগোপীশিংনা, হৈ-লৈ, ধুপ-থাংমৈ কচ্চরি।
কানানা ইশৈ শক্লি, কনানা পুং-শেল য়েরি।
আরতি কৎলি ললিতানা, ঘীগী বর্ত্তী হাইরি॥

## বিদায়

কৃষ্ণ।—তাও হে ব্রজগোপীশা, য়েংউ নোংপোক মায়কৈদা।
চীংথৈ অসি কায়রক্লে; হল্লসি ঐখোয় য়ুমদা।

---

*জগোয় অসি মহোৌশা মতাং অসিদা লোইনৈ। তৌইগুম্বসুং কনা কনাগুম্বা ওঝাশিংনা অনৌবা রস থরা অমুক হাপ'চিন্দুনা, রাধা কৃষ্ণ অনি বিদায় তৌনবা অমসুং কাইনরমদায়গী অরাবা ফোং-দোকপা, গোপীগী ইশৈ থরা হাপ্পরে। মসি হাপ্পা তারবদি, রাধা কৃষ্ণ অনিগী কুঞ্জদা চেপ্পা, তেনবাশিংনা হোদোকপা, মঙ্গল আরতি লীলাসু য়াওকম থোকই। মরম অসিনা লাইরিক অসিদা মাদুগী রস থরসু নিত্য রাসগী মমৈদা হাপচরে।

গোপী।—হায়বিনু ইবুংঙো, হঞ্জরোয় ঐখোয়দি য়্বমদা।
করম হায়না কায়ননি, নংবু হৌজিক অসিদা॥
ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোক্তুনা, কচ্চথ্রবনি নংঙোন্দা।
থাদোকপিনু হে কৃষ্ণ,-থম্বিয়ুনে খুয়াখাদা॥

কৃষ্ণ—হৌনদে ইবেম্মখোয় নোংঙানবনা হান্ননি।
কনাগুম্বনা উরগা য়াম্না থীনা ঙাংননি।
অসি হায়না গোপী কৃষ্ণ হনখ্রে শঙ্গায় তান্না।
অসিগুম্বা রসবু শকচৈ গোবিন্দ দাসনা।

---

# অনিশুবা মশা

## মহারাস (ইশৈ)

### বৃন্দাবনবু থাজবা ( বর্ণণ )।

নোংজুর্থা লোইখরে শমজ লাকপা হৌরে ;
বৃন্দাবন অসি নিংথিজরে ;
লৈচিন নোংকাই কোরে, মাইকৈ মরি শেংলে,
অঙৌং অশা মাম্নবা মুংঙাইরে ॥
অঙৌবা কীজেৎনা, লৈতেংলম্বা যমুনা,
শংবাম্নবা ফীজেৎনা, লৈতেংলে।
মালিকা মালতী, শেফালিকা যুথী
লবঙ্গ কেতকী, ওৌনা শাৎলে ॥
লৈ মনম পুহুনা, মলয়া মুংশিৎনা,
লীরি লীরি লীরি, খৌগঞ্জরি।
লৈ-মনম ফংহুনা, চরাম্নবা খোইমুনা,
লৈকা খুদিংদা, ওংহুনা পাইরি ॥

### সাধু-বৈষ্ণব খুরুমজবা

শ্রীহরিগী গুণবু তত্তনা, শক শোল্লিবা।
হরিগী রুপ্পা (শক্লা), থম্মোয়দা ওাল্লিবা ॥
তুলসী পম্বেং চন্দনা, হকচাংদা লৈতেংবা।

জীব পুন্নমকপু, চপ মান্নবা উবিবা ॥
অসিগুম্বা, সাধু বৈষ্ণবশিংগী মকমদা।
খুরুমজরি, তোল্লবা ঐহাক্না খুন্নাখাদা ॥

## সুত্র

বাদরায়নি শ্রীশুকদেবনা লীবিবা।
ভক্তরাজ পরীক্ষিত, নিংথৌনা তাজবা ॥
শ্রীমদ্ভাগবত পুরানগী, লৈতেং ওয়রিবা।
মহারাস কৌবা, হরিগী লীলা অথোয়বা ॥
পুথোকখি, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা, মণিপুরদা।
কচ্চখি সঙ্কীর্ত্তন ওয়না ; শ্রীগোবিন্দদা ॥
লীলা অসি ওসি ; শকচরি মৈতৈ লোন্না।
মসিদা তাল, মেন রস শৈরেং কান্নবা ওন্না ॥
ওাকপিয়ু হান্নহুনা, তোল্লবা ননাই ঐনা।
সভাগী খুন্নাদা, খুরুমজে হন্না হন্না ॥

## কৃষ্ণ অভিসার (লেংলকপা)

শরদকী থাবন্দা, মালিকা শাৎপদা,
নীংশিংলকই শ্যাম, গোপী পুক্রীংদা।
যোগ মায়া কৌরে, বাঁশী খুত্তা পায়রে,
লাক্লে অহিংদা, যমুনা মপান্দা ॥
চন্দ্রমা লাইবক্তা, চূড়ানা কোকখক্তা,

মুক্তা পয়েং, থবাক্তা ঙাল্লি।
খোংদোপ্পে খুদোপ্পে; খোংজীনে খুজিনে,
মণিগী তান্না, ইলং লংলি॥
নুপুরনা খোংদা, কিঙ্কিনী-না খ্বাংদা,
রুনু ঝুনু, কিনি কিনি ঙংলি।
শাওংনে শাযায়ে, শাজৎনে শাখেক্কে,
কামগী পূক্নীং; শুমহত্তুনা লেংলি॥
যমুনা মপান্দা কদমগী মখোংদা,
শরদকী থাবু, হেন্না নিংথিরি।
মুরুলী খোংহুনা, সুংশিবা খোঞ্জেন্না।
ব্রজ গোপীশিংগী পুক্নীং হুরি॥

মুরুলী খোঞ্জেন তারকপা।
গোপীশিংনা চেল্লকপা॥

শরদকী থাবন্না ইঙাস ঙাল্লি।
মলয়া সুংশিৎনা, তপ্পা শিৎলি॥
মালিকানা ভৌনা, ভৌনা শাৎলি।
গোপীশিংগী পূক্নীং লাংতকহল্লি॥
কনানা চারি, কনানা থোংলি।
কনানা শুরি, কনানা হিপ্লি॥

মুরুলী খোঙ্জেন, থমোয়দা পাম্নে।
গোপীশিং ওয়া, ঙাওহুনা চেন্নে ॥
তৌরম্বা থবক, থাদোক্লে লোয়না।
মুরুলী মায়কৈ, য়েংলক্লে ওয়া ॥
অমনা অমবু, হৌবা তৌদে।
অহন লমম্না, থীংউবা য়াদে ॥
থুংলয়ে বন্দা, অঙাওবী ওয়া।
খোংজী খুজী, ওয়না শিরকই।
নাইন নামতা; য়াল্লকপা য়াওই ॥
যমুনা মপান, গুল্লবা বন্দা।
কৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লে অহীংদা ॥

অহন লমম্না; খিংলবীশিংনা।
কপ্লক্লে ওয়া, মথরায় শোক্না ॥

## তেংথাবা।

চাহা গোবিন্দ, তে' গিরি ধারী।
লৌবিয়ু ইবুংঙো, থরায় কচ্চরি ॥
নীংজবা রাৎপনা, নাহানমুক্তা।
কংব্রেদো নহাকপু, হন্দকমুক্তা ॥
থীরবা লাইবক; ঐগী মপোকসি।
থারগে ইবুংঙো, লেপ্পা ওসি ॥
হা হা বিধি নোংদম্বা নংনা।

করম হায়না তশ্বি, অম্নপ থীনা ॥
মুপী ওইনা, পোকহনবিরে ঐবু।
ওমহন্ত্রে কংবা; ইবুংঙো মাবু ॥
অসি হায়না; থরায় হকচাং পুন্না।
কচ্চরে কৃষ্ণদা, ইলায় লায়না ॥
সংসারগী মৈচাক, ওন্না কোক্লে।
থমোয়গী মনুংদা, কৃষ্ণ কংলে ॥

---

## কৃষ্ণগী য়াথং
## গোপীগী পরীক্ষা।

হে নিংথিজবী ব্রজ গোপী পুন্নমক।
লাও লাও চংলকউ, করি মরমগী দমক ॥
শাকৈ পুন্নমক্লা থল্লবা বনসিদা।
লাক্লি নথোয়, অম্নপথেংনা অহীংদা ॥
নথোয় পুন্নমকসি, য়ুম পানবী ওাক্লি।
নচা, নশু; নপুরোয়বা লৈরিবীনি ॥
বনগী নিংথিজবা, য়েংবা লাকপরা?
ঐহাকপু উনগে; হায়দুনা লাকপরা?
ঐগন্থ উনরে, ঝারী রাতায় শারে।
হল্লো হৌজিক্লি; মতমঅসি থেংখরে ॥

---

## গোপীনা খুমজবা!

ধর্ম্ম পুম্নমক থাজরবা ; ননায় ঐখোয়নি।
থরায় হকচাং পুন্না, খুয়াখাদা কৎলবনি॥
করম হায়না হৌজিকপু, অমুক হন্নুনি য়ুমদা।
হায়বিন্নু ইবুংঙো, চানবিয়্ন গোপীশিংদা॥

## কৃষ্ণ অমুকস্নু

নুপী ওয়না পোক্লগা , পুক্নীং কাবা ঙমজবী।
অতোপ্পা নিপাদা, মীৎয়েং খোয়না য়েংলবী॥
অসতীনি ( ওক্লবীনি ) হায়নৈ, পুরান শাস্ত্র পুম্নমক্না।
হৌনদে অমুম্বা শাজৎ, সতী ওয়বীশিংনা॥
মচা-মশু য়োকপা, মপুরোয়বগী সেবা তৌবা।
নুপী ওয়বীশিংগী ধর্ম্মনি, তোকপা য়াদ্রবা॥
ঐ-সে অতোপ্পা নিপানি, মতম অসি অহীংনি।
মীনা উবা থোক্লগা, করি হায়না ঙাংননি॥
চৎলো চৎলো গোপীশা, হল্লো হল্লো নয়ুমদা।
মংদা কাওবা য়েংবা য়াদে, অতোপ্পা নিপাদা॥
অসিনচিংবা জ্ঞান-যোগ, তাকই শ্রীকৃষ্ণনা।
নীংবা কায়রে তাজবদা, গোবিন্দ দাসনা॥

## সুত্র

অসিগুম্বা শ্যামগী য়াথংসি ভাবদা
থংহৌদনা ব্রজ, তা'র গোপীশিংদা।

নীংবা কায়বা পীনা চোৎলক্লে থবাক্ত।
চাংজৌ লাম্বা ফংদ্রে অরাবা ইপাক্তা॥
কপ্পা কপ্পা খুজিন্না, লৈয়ী খোক্তুনা।
হক্চৈচে শ্যামদা রাহৈ মতেক মতেক্কা॥

## গোপী

ভাবিয়্ ইবুংঙো লৌনম্বা হে কৃষ্ণ।
ভাক্লিবা ধর্ম্মদো, পামজদ্রে ঐখোয়না॥
মুরুলী খোংহুনা, কৌবিরে নহাক্পা।
হুবিরে ঐখোয়গী, থরায় হকচাং ভম্না॥
ধর্ম্ম পুম্বা থাজরে, ফংলে নংবু রানা।
হৌজিক অমুক, ধর্ম্ম ভাক্লি; সাধু শানা।
জগৎ পুম্নমককী; থরায় ওয়বা নংনি।
ইচা, ইশু, ইপুরোয়বগীস্ু; থরায়নি।
নংবু নীংলগা, থ্বায়বুস্ু নীংবনি।
নংবু ফংলগা; পুম্নমকপু ফংবনি।
পোকপদগী নীংজরকপা গোপীশিংনি।
নংবু থাদোক্তুনা কদায়দা চৎলুনি॥

## কৃষ্ণ

পেল্লে পেল্লে গোপীশা; পেল্লে নখোয়গী প্রেমদা।
গোপী প্রেমগা মান্নবা; লৈত্রে মরোন অহমদা।

লাকউ লাকউ চংলকউ, জগোয় শাশি নুংঙাইনা
কৃষ্ণ ঐগী পূন্নীংসে, পেলহল্লো লাও নখোয়না।

—-—

সুত্র

গোপী পুন্নমক হয়াওরে, মায়থোং মকা লাম্লে।
নুংঙাইজরে ভাগ্যচন্দ্র, প্রেম ভক্তি কৎলক্লে॥

## জগোয় রাস হৌবা

সুত্র

শনাগী লীক পয়েংগুম্না, যমুনাগী মপান্দা, কোয়রে গোপীশিংনা।
গোপীশিংগী ময়ায়দা, মরকত মণি গুম্না ;ঙান্থোইরি শ্রীগোবিন্দনা
যন্ত্র পুম্বা শুনা খোংলে, রাগ হৌরে কেদার, তারিত নতন হায়না।

—০—

সুত্র

রাধা কৃষ্ণ ময়ায়দা জগোয় শারি

ভথকপা নোংহৌনা, লেংদবা নোংথাংদা, রসখিবিক নোংচুরি।
থা কোটি কোটিনা, অমম্বদা ঙাল্লি, অমম্বনস্থ থাবু কুপ্লি।
শনাগী উরীনা, ভোমান্দা য়েৎলি, ভোমাম্নস্থ উরিবু পুল্লি।
থম্বাল খুদিং শুনা, খোইমু ভোংই ভংনা, লৈকা খুদিংদা লৈহিথিরি।
খোইমু মনীং তল্লি, থম্বাল জগোয় শারি, গোবিন্দ দাস হয়াউজরি॥

## গোপীগী নাপন কাবা

### সূত্র

অসুম ঙৌনা, শ্রীকৃষ্ণগা, রাস শান্নে, গোপীশিংগা ॥
মুংঙায়রা খিবিক, লোয়না তিল্লে। হরাওবগী পন্দোন লোয়ে ॥
থম্বাল বন্দা, শামু গুয়া। গোপী লক্তা, শান্নে শ্যায়া ॥
গোপী পুক্লিং, নাপল লাক্লে। লায়বক ক্ষবী, মখোয়নি খল্লে।

### গোপী

লাঙনে ইতা য়েংলো লাওনে কয়াদা ফজরি ইবুংঙোসে।
মোমোন মোমোন নোক্লহনা ঐখোয়গী পুক্লীং হুরিবসে ॥
লায়বক ক্ষবী গোপী ঐখোয়নি ; মরোল অহুমদা লৈতাবনি,
নন্দগী মচা ইবুংঙোসে— ঐখোয়গীদমক্তা পোকপনি ॥
নহান মুক্তা তৌজরকপনা হন্দকী মপোক্তা ফংজবনি।
পামুই পামুই গোপীগী মপোক জগৎ অসিদা অতাংবনি ॥

## কৃষ্ণ মাংখিবা গোপীগী অবাবা

### সূত্র

পুকচেল খংবা কৃষ্ণনা গোপী নাপল উহুনা,
মাংখরে রাধা পুহুনা।
গোপী পুম্বা জ্ঞান মাংলে চপ মান্নবা কপ্পক্লে,
কুঞ্জ খুদিং থীরে কোয়না ॥

চৎখি চৎখি মায়কৈদা হৈপান লৈপানশিংদা
হংলকই য়াম্না নোল্লুরা ॥

## গোপী

হায়য়ু হায়য়ু লৈরাংশা, হে ইতা চান্নবীশা,
উরিনী শ্যামবু নখোয়না।
কদোমদা চৎখিবগে, কদায়দা ফংগদগে,
থিজগে গোপী ঐখোয়না।
হে শনাগী খোংনাংও পামেনশিংগী নিংথৌও
শ্যাম্মু উবরা, কদায় চৎলি।
নহাকম্মু নিপানি, নুংশিবা খংদবনি,
হংলুরিবা ঐখোয়না লাল্লি।
হে তুলসী ফজবী, শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী,
হায়য়ুবা ইতা, শ্যাম্মু উবরা ?
নংম্মু লোন্নবীরা, শ্যাম্মু লাৎলিবীরা,
নুপী মচা মশেন্নি, তারিংদরা ?
মালিকা মালতী, হে যাতি যুতী,
শ্যামগী পুক্নীং হুবি লৈরাংশা,
উরমগনী নখোয়না, কৃষ্ণবু শোয়দনা,
তাকউবা চান্নবী হে ইতাশা ॥

## সূত্র

মতৌ অম্নুম তৌনা, ব্রজ গোপী পুন্নমক্না।
থিরকই কৃষ্ণবু, মণি মাংখ্রবা লীনগুম্না।

কনানম্ব খুম্নক্তে হংউবা খুদিংমক্তা।
নীংবা কায়বা পীনা, চোৎলে গোপীগী থবাক্তা॥

## গোপী (রাধাগা চান্নবী)

য়েংউ য়েংউ ইত্তা শ্যামগী খোঙ্গুন নত্রা আসে।
ধ্বজ ব্রজ শঙ্খময়ী ইঙান ঙাল্লিবসে॥
কনাগীনো, মুপী খোঙ্গুন অমম্ব তারিনে।
ঐখোইগী ইবেম্মা রাধাগী খোঙ্গুন মাল্লিনে॥
লায়বক কৈদা ইবেম্মা, বৃষভানুনা পোকচবী।
শনাগী থম্বাল ওম্না, শ্যামগী থমোয়দা শাৎলিবী।
প্রেমগী মশক ওয়রিবী, মহাভাবনা তিল্লিবী॥
ননাই গোপী ঐখোয়বু, চানবিয় খোজালহৈবী॥
মপোক মপোক খুদিংদা, ভূংইঞ্জগে মুংশিবী।

## গোপী (রাধাগা মুক্রবী)।

পুকচেন পিকইদা ইবেম্মা হে রাধে ফজবী
ঐখোয় ময়াম থংহন্দনা নায়তোম শাৎনিংবী।
নায়তোম শাৎপা লৈদা হেন্না খোইমু ইন্দবনি।
জগৎ পুম্নমক্কী মবুংঙো ওইবা কৃষ্ণনি
নংগীতনি খনবদি ইবেম্মা অরাবনি।

———

# রাধাগী পুক্নীং থোইবা।

## সুত্র

প্রেমগী মশক ওইবী রাধা নিংথিজবী
লাক্লে কৃষ্ণগা লোয়ননা।
কুঞ্জ খুন্দিং চত্‌না মবুংঙো লোয়ননা।
শান্নে নীংতম্না পুংঙাইনা॥
অতৈ গোপী মীরায়বা রাধা মাতা চানবিবা
নারাংলক্লে ইবেম্মা পুক্নীংদা।
নীংজমনগী তোংজরে, শোঞ্জমনগী কায়রে
লায়বক কবী ওইরেদো ঐনা।
বৃন্দাবন্দা কনা লৈরী রাধা ঐগা মান্নবী
কৃষ্ণগী সেবাবু কংজরি ঐতনা॥
তাবিয়ু চান্নবা চানবিয়ু মাধব,
রাধাগী রাবা পন্দোল লোম্লে।
খোং থাংবা ওমক্লে শান্নবা (য়াম্না) রারে
হকচাং অসি তনীক তনীক্লে॥
পুবিয়ুবা গোবিন্দ কুঞ্জ কুঞ্জ খুন্দিংদা,
য়েংজগে বনগী নিংথিজবা।

## কৃষ্ণনা খুম্বা

রারবরনে ইবেম্মা, ঐগী থরায় ওইবী রাধে।
কৃষ্ণ ঐনা লৈরিভৈদা, করিরানি নংনা রাধে॥

থোংলোলাওনে লেংবানসিদা, পুনি নংবু কৃষ্ণ ঐনা।
চৎনিং চৎনিংবা মককদা; রাধে চৎলু ননিং তম্না।

## সূত্র (কৃষ্ণ মাংথিবা)

অসি হায়রম্মগা কৃষ্ণ খংহৌদনা মাংথোকখরে।
মাংলে মাংলে, ইবেম্মা লাওজৈ গোবিন্দ দাসনা॥

## রাধানা তেংথাবা।

হা গোবিন্দ হে কৃষ্ণ, হে শ্যাম মধুসূদন,
লেংলবরনে ইবুংঙো চান্নবা।
শুন্নবা বন,অসিদা, রাধা ঐবু ইত্তোমদা,
হুদোক-পিরবরনে হে কৃষ্ণ।
মুপী ওয়বী পুকচেন্না, কেজ নৌজনিংবনা,
থৌগল্লোন খরা কায়জখরে।
অপংবীনি খনবিয়ু, ঐনা লানবা শাকপিয়ু।
রাধাগী থমোয় কায়খিদোরে।
মোমোন মোমোন নোক্নুনা, মীচিনা থেক্না য়েংহুনা,
হৌজিক নাক্তা লৈবিরম্বদো।
রাধা কৌবী ঐহাক্না, করি লমদা চত্নুনা।
উবা ফংখিদগে শকফম অদো॥
পোকপদগী হৌনা; থরাম হকচাং কত্নুনা
নীংজরকপনি কৃষ্ণ নহাকপু।

খরা মখৈ লানবদি, চানবিনি নীংজবদি,
নীংবা কায়রদরা শ্যাম হৌজিকপু ॥
খৌজাল হৈবা হায়বা, নংগী মিংখোল কজবা
মাংহনবিন্নু, রাধা হাক্তকসিদা।
হায়না হায়না রাধা জ্ঞান মাংলে ইবেম্মা,
রানথরে, হায়থরে পৃথিদা ॥
গোপী ময়াম থুংলরে রাধাবু কংলরে,
কোনখৎলে তম্পাক্তা চেৎনা চায় ॥

## রাধা মতৌ উবদা গোপীনা বাবা।

মাংলে মাংলে ইবেম্মা, কয়ি মতৌনো রাধে।
কদায় লেংথ্রবগে হায়য়ু, নবুংঙোনা রাধে।
নতৌ উবদা ঐখোয়না, হেন্নহুম রারেনে।
লেংখৎলোনে ইবেম্মা কৃষ্ণথিবা লেংলসিনে ॥
কৃষ্ণ থিবা কংজদ্রে; নংগী খৌজান য়াওদমা।
খৌজানবিয় ইবেম্মা, খুরুমজরি ঐখোয়না ॥

লাও লাও ইতাশা, কৃষ্ণনাম শোনসিলাও।
লায়বক য়েংসি অমুক্তং, কৃষ্ণ নাম শোন্সিলাও ॥
গোপী ময়াম তিন্দুনা, কৃষ্ণ নাম শোল্লক্লে।
কৃষ্ণ নাম তাবদা, ইবেম্মা লেংখৎলক্লে ॥

———

## গোপী গীত ( তেংথাবা )।

গোপী পূম্নমক তিল্লে, কালিন্দীগী তর্বান্দা।
প্রেমগী ইরা শিন্থরি ; তন্তনা মীৎলুদা॥
হা কৃষ্ণ হা গোবিন্দ ; গোপীগী থরায় ওয়বা।
ইবুংঙো করি লমদা, লেংশ্রবগে চান্নবা ?
থম্বাল মানবা মায়থোংদো, অমুক্তা উহনবিয়ু।
ননায় ঐখোয় গোপীগী, থরায় অসি কনবিয়ু॥
মমল য়াওদনা কচ্চবা ; থরায়নি নংঙোন্দা।
মান্থগী মহৈদি, অসিরনে হে গোবিন্দ॥
কালীয় হান্তূনা, লৌনগী অকিবা কোকহল্লি।
বৃষাশুর হান্তূনা ; ব্রজবু নুংঙাইহল্লি॥
গবর্দ্ধন থাঙস্তূনা, ব্রজবাসী কনবনি।
নংগী থৌজান হৈবা ; প্রহ্লাদনা সাক্ষিনি॥
অসিগুম্বা থৌজান হৈবা, ইবুংঙো নহাক্কা।
করিগী নুংশি হৈতে, গোপীদা অস্থপ য়াম্মা॥
সখাশিংদা নিতিগী, নুংঙাইবা পিবিরিবা।
লক্ষ্মীগী থবাক্তা তন্তনা, লৈতেং ওইরিবা॥
মুনি ঋষি পূম্নমক্কা, ফংজবা ঙমদ্রিবা।
ব্রজ গোপী ঐখোয়না, ইরম্নি খঙ্গবা॥
ইবুংঙো নংগী নিংথিজবা ; নখোং থম্বান্দো।
অমুক্তদি উহনবিয়ু, রারবা গোপীদা॥
থৌজাল ফংবা ; ইতিক চাদে, খংজৈ ইশানা।

তুমিন্না লৈজে য়ুমদা, নংতমু নীংহুনা ॥
করিগী কৌবিরি, ঐখোইবু বাঁশী খোংহুনা।
হুঞ্জেকপিরি ঐখোইবু, করি লানখিহুনা ॥
তৌবিনু ইবুংঙো, ননাই ঐখোইবু চানবিয়ু।
খোইখোয়বা মীৎয়েংনা, থরায় অসি ইংহনবিয়ু ॥
হে কৃষ্ণ! মেংলবা নংগী খুয়া থম্বান্দো।
ননাই গোপী ঐখোইগী, থবাক্তা লৈতেংবদা।
গোপী থবাক্কা কনবনা, রাগনি খনবদি।
করম হায়না লেংবগে তিংখংলক্তা ঙসিদি ॥
খল্লুবদা মন্নে, থমোয়সি কায়রে হে কৃষ্ণ।
ঙমই ঙমই শ্যাম, কল্লিদা থমোয়, হে কৃষ্ণ ॥

---

## শ্রীকৃষ্ণ লেংলকপা সূত্র

রাবা ঙমখে লোঁমলে, প্রেম্না গোপী ফুল্লক্লে,
যোগাসন্দা ফম্নে তুমিন্না।
গোপী প্রেম্না ফারে, কৃষ্ণ লোৎপা য়াক্রে।
গোপী নাক্তা, লেংলক্লে থীন্দনা ॥
কাম্বু হেন্না কজরে, নিংখিবা মপা লৈক্লে;
খোংলক্লে মুরুলী, তপ্পা তপ্পা।
গোপী রাবা কোক্লে, শ্যামগী নাক্তা ফম্নে
হুরাওজয়ে; ঙমখে লৈতনা ॥

শিরবা জীবনা, অমৃত ফংহুনা,
অমুক হিংবগী, মতৌগুম্না,
লমৈ চারুকপদা, শজীনা ময়ায়দা,
ঈশিং ঈরেন, ফংজবগুম্না।
নোংহৌ উজবদা, নোঙ্গৌবীনা পুক্লীংদা,
ঈথৌলাংবা কোকচবগুম্না
থা থোকপা উবদা, নোংইম্না থাবন্দা,
কোয়না কোয়না, শান্নজবগুম্না
কায়নবা মৈচাক্লা, চাক্লম্বা গোপীনা,
হরাওজয়ে, কৃষ্ণ ফংহুনা॥

## গোপীনা হংজবা।

চান্নথোয়বা ইবুংঙো, হে কৃষ্ণ।
হংজগে থরা, তাকপিয়ু শেংনা॥
নীংলগা নীংবা, হায়বগু কনানো?
নীংদববু নীংবনা, করিনো?
নীংলগা নীংদবনা, কদায়নো?
হায়বিয়ু চুম্না, কনা কনানো?

## কৃষ্ণনা খুমলকপা

মহৈ মহৈ কান্নবা, য়েংহুনা চান্নববু
নীংলগা নীংবা হায়নৈ, সাধুশিংনা মাসিবু।

রাসি ধর্ম্ম নত্তে, কান্নবতা য়েংনবনি।
নীংবা থৃংনরক্তুগা, নোংমা, কায়গদবনি॥
নীংদববু নীংবদি, মচা নুংশিবগুম্বনি।
মচানা নীংই নীংদে, মমা মপানা য়েংদে।
মচাগীতা ফনবা নীংই, অতৈ খল্লুদে॥
মতোমন্তা নুংঙাইবা ঙম্নবা, আত্মারামশিংনা।
মাবু নীংবা মীবুস্নু, নীংউদম্মে মহাক্না॥
অপেনবা ফংলবা অমা, কনাবুস্নু নীংদ্রে।
পাপী চণ্ডালশিং অমা, তৌবিমন খংবা লৈত্রে॥
গুরুদা ভক্তি লৈতবা, কাংবু অদুস্নুনি॥
হায়রিবা মরিসি, নীংলগা নীংদবনি।
কৃষ্ণ ঐহাক্তি তৌবিমন, খংদবা মী নত্তে।
নখোইনা ঐবু খল্লিবা, রাখল অদু চুমদে॥
ঐতবু নীংজরকপা, ব্রজ গোপী নখোইনি।
নখোইগী প্রেম্নু ঐনা, খক কাওবা লৈত্রবনি॥
প্রেমগী পাম্মুবা মশক, খংহনগে হায়দুনা।
কৃষ্ণ ঐনা লোৎপানি, নখোইবু উহন্দনা॥
হৌজিক্তি অরাবা রাখল, থাদোক্লো পুক্নীংদা।
কৃষ্ণ ঐনা থাদোক্লোই, নখোইবু কৈদৌঙৈদা॥
কোটি কল্প যুগ কয়াদস্নু, কৃষ্ণ ঐনদি।
শিংবা ঙম্নরোই গোপী নখোইগী লমন্দি।

# পূর্বরাস (অচৌবা জগোয়)

যমুনা মপান্দা, জগোয় হৌরে অমুক হন্না।
সুংঙাইরবী গোপীশিংনা, কোয়রে পরেংশানা॥
জগোয় শামিন্নরি, রাধা কৃষ্ণ অনি।
মীচীনা ফলপ ফলপ, য়েংনরি অনি।
যন্ত্র কয়া কয়া, খোংলি সূর চানা।
ইশৈ শক্লি, কনাগুম্বী সখীশিংনা॥
মাইকৈ মরি লেপ্লি, জগোয় হৈবীশিংনা।
ময়ায়দা শারি, জগোয় হৈবা কৃষ্ণনা॥
থেক্লা থেক্লা কেনা, শারি লৈনা লৈনা।
শাজৎনা কাংঙবু, হেন্না নিংথিজনা॥
মহৈ মহৈ পায়নৈ, লেংবান্দা খুৎ ওইনা।
থৎলি শ্রীকৃষ্ণবু, চেনখিনি খন্দুনা॥
খুৎয়েৎনা জগোয় শারি; শ্যাম্বু য়েংহুনা।
পুক্নীংগী পামজবা, ফোংদোক্লি জগোয়না॥
ললিতা সখীনা, শ্যামগী গুণ শকচরি।
বিশাখানা তাল চানা, চানা পুং য়ৈরি॥
মোমোন, নোক্লা লাওরি, শ্রীমতি রাধানা।
খোংথাং হাপ্তুনা চোংনা, শাবিয়ু হায়না॥
জগোয় হৈবা শ্যাম, গোপী পুম্বা শুমহৎলে।
খোংথাং হাপ্তুনা লৈনা, চোংনা শারক্লে॥

গজমোতি থারে, শ্যামদা ইবেম্বনা।
কজৈ কজৈ লাউজৈ গোবিন্দ দাসনা॥

## জগোয় অমুকন্সু

### সূত্র

শাংলাক্লে লৈনা, ভংলে খোইমুনা।
খোংলক্লে ককিন্না খোম্থাং নাইনা॥
রাহোং লাবা অমোম, জগোয় শারি।
রাধা শ্যাম অনিস্থু, শামিন্নরি॥
য়েংউনে ইতা, কুঞ্জ মনুংদা।
থেক্লা লৈনা, শারিবা অনীদা॥
যন্ত্র পুন্নমক, নিংথিনা য়ৈরি।
গোপীশিংনা খুবাক্লা তাল থারি॥
লৈনা লৈমা, থেক্লা থেক্লা শারি।
য়েক্তা ওইদা, অমুক অমুক লৈরি॥
মীচিগা মীচিগা, লোন্না চেংনৈ।
খুৎকা খুৎকা, পায়ন্থনা চীংনৈ॥
হুকচাঙ্গা হুকচাঙ্গা, অনিথেংনৈ।
মোমোন মোমোন, অনিমক নোক্কৈ॥
যমুনা ইচেল, লেপ্তূনা য়েংলি।
সুংশিৎনা নাকোয়দা, ক্ষপ্পা শিৎলি॥
গোপী পুন্নমক, ভন্না শুমহৎলে।

স্বর্গদা লাইয়াম, অওকপা কংলে ॥
পারিজাৎ পরেং, নোংওইনা চুরে।
য়েংবরী শেখর, পেনবা নাইদরে ॥

## একগোপী একশ্যাম

য়েরক্লে পাখারাজ, খোংলক্লে ইসরাজ;
মাইকৈ মরি নীল্লে, মণ্ডীলা মখোয়া।
শরা কজবনে,। অগোয়না হৈবনে;
শুমহৎলে কৃষ্ণবু, গোপী পুয়মক্লা।
নূপুর মখোরে, কিঙ্কিনী খোঞ্জেরে,
ময়ায় কারে অরাবা খংদরে।
ছমাংগী লৈরিক্লা, লীক্লা তাবগুম্না
কজবা মায়থোংদা, অমুক্লা নিংথিরে ॥
চোংবনে কনবমে, হাইবনে ছুম্বলে,
নাম্বরে থাখুমকী, থোক্লে বেণী ওম্না।
শ্যামগী পুক্নীং শুমহৎলে, শকশোম ময়াম পুথোক্লে,
গোপী খুদিংদা, কৃষ্ণ অমমম থুংলে।
পোম্বীগুম চীয়োক্লে, খরাগুম চীশিক্লে;
রস খিখিক্লা, অমৃত ওইনা খিক্লে ॥
অগোরগী ইনিন্না, গোপীগী খোঞ্জেন্না,
স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল, ময়োল অহুম নীল্লে।
স্বর্গদা লাইয়াম্না, য়েংবদা পেন্দুনা,
পারিজাৎ থুবাম, থুবাম চাইথরক্লে ॥

## রাধাগী জগোয়

তা থা থেন্তা থেন্তা, তেন্তাখিতা তেন্তাখিতা ধে।
বিশাখানা, তাল চান' পুং রৈরি। শারি রাধানা,
শ্রীরাস মণ্ডল ময়ায়দা। মবুংঙোবু য়েংনা য়েংনা।
থেন্তা ধেন্তা ধিন ঘিন ধেন, থেন্তা ধিন ধেন,
ধিন ঘিন ধেন। তত থেন্ থেন্ থেন্, বিশাখানা
পুংলোন রৈরি, তাল চানা। জগোয় হৈবী, ইবেম্মনি।
শ্রীকৃষ্ণগী, চান্নখোইবীনি। বৃষভানুনা পোকচবী
মহা ভাবনা তিল্লবী বিশাখা পুংলোল রৈরি তালচানা।

## অমুকসু রাধাগী জগোয়

শাবিয়ু ইবেম্মা, ইপোম নাইহন্দনা।
চৎপদা নুপূর, মখোল থোকহন্দনা॥
চীংলিবা লৈয়ীসে রাংমা লানহনগনু।
ঐনা বাঁশী খোংবদা, তাল কায়হনগনু॥
ঙমদবা থোক্লগা, কাঁচলী মুনগনি।
ঙম্নগা বাঁশীসে, নংঙোন্দা পিগনি॥
শারক্লে ইবেম্মা, হায়বা মতূং ইন্না।
জয় ওয়রে রাধা হায়না, লাওরে গোপীনা॥
বাঁশী লোৎলে কৃষ্ণ, গুঞ্জামালা থারে।
খুবাক খুতুনা, ময়ান্না নোকচরে

## কৃষ্ণগী জগোয়

শাবিখো ইবুংঙো, জগোয় অমুক হন্না
মনা পিজনি ঐখোইস্নু, নিংথিজনা ॥
ঘিন্তা তাক্ ধেন্তা খিত্তা, থেন্তা তাঘিন থে।
তত্তা ঘিন্তা তেন্তা, ধেন্তা তা খিত্তা ধে ॥
জগোয় শাবা কান্দা, চূড়া লেংহনবিনু।
বৈজয়ন্তীনা থবাক্তা হাইহনবিনু।
তথকপা পিশুম্না জগোয় শাবা য়ারোই।
হুরানবা মীৎয়েংনা, রাধা য়েংবা য়ারোই ॥
ঙমদ্রগা মুরুলী, মুন্দুনা লৌগনি।
ঙম্নগা শ্রীরাধা শোয়দনা কৎকনি ॥
শারক্লি শ্রীকৃষ্ণ অমতা কায়দনা।
য়েংজরি গোপীনা মীৎকুপ্পা য়াদনা ॥
জয় ওইরে হায়না, লাওরে গোপীনা।
থাগচ্চে শ্যাম্বু (কৃষ্ণবু) গোবিন্দ দাসনা ॥

## ঈশিং চাইনবা কুমৈ (জলকেলি।)

### গোপী

রারমাল্লে ইবুংঙো, লাইবক্তা হুমাং কারে।
ঙক্তা খোল্লিবা লৈপরেং, লৈমন চম্না উরে ॥
ননাই ঐখোইস্নু য়াম্না, রারে জগোয় শাবদা।
শান্নরুসি গোবিন্দ যমুনাগী ঈশিংদা ॥

কৃষ্ণ

মুংঙাইরে ইবেম্মখোই, চৎসি শান্নরুসি।
করিগুম্বা অমা থানহুনা শান্নরুসি॥
গোপী নখোইনা নামা, ঐনা নামা ওইনসি।
অঙম অঙম্বনা, হায়বা মখে ইন্নশি॥

গোপী

কান্নরোই ইবুংঙো ঐখোইদি ময়াম্মি।
ঐখোইনা ঙম্বদি, মশানা ভাবনি॥
মহৌশানা মীসে, মাইথীরগা শাওই।
ননাই ঐখোই নতৌ, য়েংজবা ঙমজরোই॥

কৃষ্ণ

ইতোমতনি খনবিনু, ঐগীদমক রাবিনু।
হায়নখিবা রাতদি, তুংদা হোংবা তৌবিনু॥

সূত্র

অসি হায়না গোপী কৃষ্ণ যমুনাদা লাক্লে।
কীগে ময়াম হোংদোক্লে, পারবা কীজোন থোক্লে॥
ইশিংগা ইশিংগা চাইনৈ, নোক্না নোক্না।
খুৎক খুৎকা ঙাক্নৈ, হকচাং কন্না কন্না॥
হকচাং হকচাং ইন্নরি, অঙকপা কংনা॥
কীগা কীগা চীংনরি, পাঙল থেক্না॥

গোপী ময়াম চংলে, শ্যামগী খ্বাংচেৎ মুল্লে।
জয় ওয়বে লাওরে, খুবাক খুনা লোল্লে॥
ইকায় মুংশি য়াম্নবে শ্যামগী পূক্লিংদা।
চীংনা চীংনা য়েংই, ব্রজ গোপীশিংদা।
কৃষ্ণ ময়াম চোংথোক্লে, অঙকপা ফংলে।
গোপী পুম্নমক্কী, ছারী ভয়া মুল্লে॥

শংবাম্নবী যমুনা, থম্বাল শাৎলে মথক্তা।
পোমশাৎনবী লৈহাওনা, নিংথিজবে মমুংদা॥
চরাম্নবা খোইমুনা, লৈহী চুপ্লি মথক্তা।
লৈহাও থরো পুম্না, শাৎলি ইশিংগী মমুংদা॥

অপোম্বা থম্বাজনা, শা ওইনা চাবে।
খোইমুগী খুজিম্না. লাং ওইনা কাবে॥
গোপীবু লাকচবা, উরম্নুনা রাধা।
লমন শিংগে হায়না কোল্লে শ্যাম,- শুকশমদা।
রাধা কৃষ্ণ অনি; তাওরক্লে ঈয়ায়দা॥
ওম্না ওম্নবা লুপ্লি, প্রেমগী ঈরৈদা॥
তাঞ্জাসিদা লোৎখ্রে গোপী পুম্নমক্কা।
কনাম্নু উদবে, কৃষ্ণনা য়েংবদা॥
থম্বাল মশিং শুমা, থয়ো ময়াম পোল্লে।
থম্বাল নাক্তা তাওরে, মকা কম্না শাৎলে॥

থমো থম্বাল য়েৎনরি, পুন্না শাৎমিন্নরি।
গোবিন্দ দাসনা প্রেমভক্তি কচ্চরি॥

শান্নবা লোইঁয়ে কংকান্দা কায়ে।
কীজেৎ লৈতেং লোয়রে নিংথিজয়ে॥
উহৈ রাহৈ, লাংজবা বৃন্দানা।
হাবিয়ে ওন্না, পূর্ণীং হরাওনা॥
রাধাকৃষ্ণ অনি, লেংশিল্লে খুদাদা।
সখীনা থৌগল্লে; অকোয়বদা॥
সেবা হৈবী, সখী পুন্নমক্না।
মাগী মাগী সেবা, কৎলে ওন্না॥
ঘী বর্ত্তীনা, ললিতা সখীনা।
আরতি কৎলি, ভক্তিগা লোয়ননা॥
থরায় হকচাংনা, লোয়নরক্নুনা।
লৈ-কচ্চরি, ব্রজ গোপীশিংনা॥

বনগী নিংথিজবা, য়েংনা য়েংমা।
লেংলক্লে শ্যাম, গোপীবু পুন্নুনা॥
নোংপোক মাইকৈদা চীংখৈ উন্নুনা।
হন্নবে শঙ্গায়দা পূর্ণীং রানা॥

# যুগল আরতি

ঙাক্লি অনি পূম্না, শ্রীরাধা গোবিন্দ।
লৈতেংলি ইবেম্মা, ইবুংঙোগী ওয়দা ॥
মোমোন মোমোন নোঙ্গা, কয়া নিংথিজরি।
খোইখোয়বা মীৎয়েংনা ; অমৃত থিকপিরি ॥
মণিগী (ঘীগী) বর্ত্তীনা, ললিতা সখীনা।
আরতি কচ্চরি, ভক্তিগা লোয়ননা ॥
পুং শেন্না নিল্লি, শরীক কাংশি রৈরি।
ব্রজ-গোপী পূম্নমক্না, খুবাক খুরি ॥
চামর থোগঞ্জরি, শ্রীরূপ মঞ্জুরী।
মনাই গৌরদাস, দণ্ডবত কচ্চরী ॥

## সূত্র

রাধা মাধবনা, শান্নবা লোইহ্নুনা।
লেংথৎলে তোর্বান্দা গোপীগা লোয়ননা ॥
অকংবা কীগে, হোংদোক্লরে ওম্না।
লৈতেং অপূম্বা, থোক্লে অমুক লোইনা ॥
লেংশিল্লে অনীমক, অচীকপা কুঞ্জদা।
ঙাল্লে য়েৎকা ওইগা, মণিগী তাংবন্দা ॥
অচা-অথক পূম্নমক, কচ্চরে বৃন্দানা।
গোপী পূম্নমক্না, হাবিরে হরাওনা ॥

ছাবা লোয়রে, চেপলে লৈগী শয্যাদা।
তুম্নে ইবেম্মা, মবুংঙোগী তম্পাক্তা॥
তাম্বুল পানা, তপচরি ললিতানা।
সুংঙাইনা পাংজরি উদ্ধব দাসনা॥

চেপ্পদগী লেংখৎলে, শ্যাম গৌরী।
পূর্ণিমা থা-গুম্না, নিংথিজরি॥
শ্রীরূপ মঞ্জুরী, চামর থোগল্লি।
শ্রীগুণ মঞ্জুরী, ইশিং কৎলি॥
কস্তুরী মঞ্জুরী, চন্দন কৎলি॥
লবঙ্গ মঞ্জুরীনা, লৈ কৎলি॥
বিমলা মঞ্জুরী, কাজল খল্লি॥
অনঙ্গ মঞ্জুরী, পানা কৎলি॥
ভক্তিগা লোয়ননা; ললিতানা।
আরতি কৎলি, ঘী বর্ত্তীনা॥
থল্লায় হকচাং, পুন্না গোপীশিংনা।
কচ্চরী লৈ, খুবাম থম্না থম্না॥

## গোপী

অস্থুপ সুংঙাইবসি থাদোক্তূনা ইতা।
করম ছায়না ঐনা; হনশিগে মুমদা॥
হল্লয়োই হল্লয়োই ইতা, ঐদি হল্লয়োই ইতা॥

## অসম্বা জলকেলি

### সূত্র

রাস লোয়রবদা, রাধা শ্যাম অনিনা।
পোথারে কুঞ্জদা, পূক্নীং মকা লায়া॥
হুমাংগী লৈরিক্না, হকচাংদা লৈত্তেংলে।
চান্নবী গোপীশিংনা, চামর থৌগল্লে॥
যমুনা ঈশিংদা, গোপীগা লোয়ননা।
রাধা কৃষ্ণনা, শাম্নৈ ঈশিং চায়হনা।
রস পুন্নমক হাপ্তূনা, শান্নৈ হরিনা।
পেলহল্লি গোপীশিংবু; চপ মান্নমা॥

## শ্রীকৃষ্ণগী রূপ

মেংউনে ইতাশা ফজেদা ইবুংঙোসে।
রাশি গুণ খজিক্কা, অয়াংপা লৈতেদা,
মেংলিবা মথৈ, পেনবা মাইদৈ মীৎ অসে
শনাগী কীগেনা, নোংদা চুমথাংগুম্না,
চেংলবা খ্বাংসিদা, কয়া নিংথিজরি।
চন্দ্রমা লাইবক্তা, রাহোং মতু কোক্তা।
মুক্তা পরেংনা থবাক্তা, পূক্নীং হুরি॥
খোইখোয়খা শমদা, মালতী মেৎপদা,
অমম্বদা থা পরেং খোকপা মাল্লি।

মণি কুণ্ডল নাইরা, ঙা কিহোম মান্না,
চুবা অনিদা, কামগী ইথক হৌহল্লি।
খুজিল থা তরানা; থা তরাবু হেন্না,
রায় বসন্তগী, থম্মোয় নুংদা ভাল্লি॥

## প্রার্থনা ( হায়জবা )

রাধা কৃষ্ণ অনিমকপু খুরুমজরি ননাইনা।
পুন্সিগী অথোইবা লম্নি, নখোং থম্বাল অনীনা
শ্রীনন্দগী মপারি, গোপীশিংগী চান্নথোইবা,
যশোদাগী থরায় ওইরিবা। ব্রজ গোপীগী
মকোক ওইবী, শ্যামগী পুক্নীং হুরিবী
যোগী ঋষিশিংনা নংগী খুয়া তাল্লিবী।
নংগী থৌজাল নত্তনা কৃষ্ণ ফংবা য়াদ্রবী॥



# অহুমশুবা মশা

## নিত্যরাস।

### বৈষ্ণব খুরুমজবা

পিনহৈবদা, কল্পবৃক্ষগী মশক ওইবা।
খোঙ্জান হৈবদা, সমক্রুগুম মপান নাইরবা॥
অসিগুম্বা চানবিহৈব, বৈষ্ণবকী মকমদা।
খুরুমজে ঐনা, হন্না হন্না খুন্নাখাদা॥

অমুকসু

বৈষ্ণবপু খুরুমজবা

নীংথিজবা গুণ পুম্নমক্না, অরাৎপা লৈতনা লৈতেংবা।
তোল্লবগী চংনকম ওইবা; কল্পবৃক্ষগুম খোঙ্জান হৈবা॥
অচৎ চত্তা জীব পুম্নমক্না; চপ মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবা।
হরিগী মক্তবা লীলানা, থমোয়দা তত্তনা ঙাল্লিবা॥

অসিগুম্বা বৈষ্ণবকী খুয়া থম্বান্দা।
খুরুমজে ঐনা, মতম লৈবা থিবিক্কা॥
বৈষ্ণব থমোয়দা, রাধাকৃষ্ণ অনিনা।
শান্নে, মতম লৈবা থিবিক্লগ, তত্তনা॥
বৈষ্ণবকী থমোয়না, মণি মণ্ডিরনি।
শ্রীহরি মশানা, তাকপিবা য়াথংনি॥
বৈষ্ণবকী মগুণবু, কনাম্না থাগনি।

অনন্ত মরুন্দ হায়রবা ওমদধ্বনি ॥
বৈষ্ণব কনগে হায়রগী দমক্তা ।
পোক্লিবনি হরিনা যুগ খুদিংমক্তা ॥
জীব পুন্নমকী মবুংঙো হরিনা ।
বৈষ্ণবকী গুণবু, উৎপিগে হায়দুনা ॥
অবতার খুদিংদা, যুগ মরিমক্তা ।
ভৃগু মুনি থোঙ্গুন, পুবিরি থবাক্তা ॥
হরিদা লানবা, কোকপি হরিনা লায়না ।
বৈষ্ণবতা লানবা, ওমদ্রে কনা-মতনা ॥
অসিগুম্বা থৃপ্লবা, বৈষ্ণবকী গুণি ।
তোল্লবা ননাই ঐনা, কারি খংগনি ॥

## সূত্র

শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক্না ।
নিতি শান্নবা জগোয়নি হায়গুনা ॥
মমিংনা নিত্য-রাস হায়না কৌরবা ।
অসিগুম্বা হরিগী লীলা অথোইবা ॥
শকচরি ওসি মৈতৈ ইমা লোম্না ।
মাসিদা অশোয় অঙাম য়াওরকপঙম্না ॥
হরিগী লীলানি হায়না খনবিদুনা ॥
ভাকপিয় হায়না থুরুমজে নোল্লুক্না ॥

## সুত্র

য়াচংবা মতমদা; যাবট্টা শঙ্গায়দা,
সখীশিংগা লোয়নন। য়াধানা।
শ্রীকৃষ্ণগী হানবা, অহাও অথুম অপুম্বা,
থায়ক্লে মনাই সখীদা লোয়া।
যশোদাদা পিয়গা, কৃষ্ণনা হায়গা,
লুকমন অদু পুয়ক্লে সখীনা।
ইথেম্মস্ু হায়ে, সখীশিংস্ু কংজয়ে,
সঙ্কেটকী ( ঙাংনবা ) মতম ঙায়রি মুংঙাইনা॥
অসোমদা কৃষ্ণনা, চাবা থকপা লোয়হুনা,
শঙ্গোম শুম্বা, লোয়রগা সন্ধ্যাদা,
ময়ামুংগা লোয়ননা, থাবু হেম্না কজনা,
লেংশিল্লক্লে, নন্দগী সভাদা॥
সভাদা তিল্লিবা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অপুম্বা,
পেলহল্লি ঙম্না, থুম্লবা য়াঙাংনা।
মমাগী য়াথংনা, চেপকমদা লেংলক্তুনা,
ঙাইহিক চেপ্লে, ইবুংঙো মুংঙাইনা॥
অহীং অথেংবদা, মমানা তুমথ্রবদা,
লেংখৎলে ইবুংঙো লাক্লে বন্দা।



## বৃন্দাবনগী ফজবা

নিংথিজবা বৃন্দাবন্দা, কালিন্দীনা কোয়না চেল্লি।
হৈনা লৈনা পূল্লীং হুরি, ঋতু তক্লা থোৌগল্লি।
মুনি ঋষিগী লাইনিংফম্নি, রাধা শ্যামগী শাৎকরি।

## অমুকস্তু বৃন্দাবন

নিংথিজবা বৃন্দাবনি, বৈষ্ণবশিংগী নীংনফম্নি।
লৈতেংলি মণি মণ্ডিরনা।
থোৌগল্লরি কালিন্দীনা, শান্নরি কাংঙশিংনা,
শাচ্চরি শনাগী থম্বান্না॥
মনা নিপান পাল্লবা, শনা থম্বান মওং মানবা,
ঙাল্লি ময়ায়দা, যোগ পীঠনা।
মনা খুদিংদা লেপ্তুনা, অথোইবী সখীশিংনা,
থোৌগল ঙাইজরি খোৌরাংনা॥
যোগপীঠ ময়ায়দা, মণিগী সিংহাসন্দা,
ঙাল্লি শ্রীরাধা গোবিন্দনা।
অওকপা মায়থোং থানি, অমৃতগী মিংৎয়েংনি,
পূল্লীং হুরি মোমোন নোক্লা॥
'সিগুম্বা বৃন্দাবনবু, অনিগী মায়থোং থাবু,
নিংশিংজরি নরত্তম্না তত্তনা।

— —

## শ্রীকৃষ্ণ অভিসার।

কুঞ্জদা লৈশিংনা মকা কম্না শাংলি
চোংঙা ভেনরাশিংনা নুংশিনা খোংলি ॥
খোইমুগী মপৈনা ঙংনা ঙংনা পাইরি ।
লৈরাং খুদিং শুনা, লৈহী কোয়না থিরি ॥
' সিগুম্বা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণনা লেংলি ।
ঝনন ঝন হায়না খোংদা নুপুর ঙংলি ॥

রুনু রুনু নুপুর খোঞ্জেন,
কিনি কিনি কিঙ্কিনি মখোন
মরোল অহুম শুম্নাংলি ঙক্না ।

## অমুকস্থ অভিসার

নোংহৌ মানবা হকচাংদা, শনা ফীগে নাপু শেংলি ।
কোক্তা রাহোং মতু থেংলি, ঙক্না গুঞ্জামালা খোল্লি ॥
মাল্লিকা পরেংস্থ য়েংলি, রাধা মাম অমুকস্থ ইরি ।
খোংদা মণি নুপুর খোল্লি, রুনু রুনু রুনু হায়রি ॥
মতৌ অস্থম তৌনা শ্যামা ; নিকুঞ্জদা লেংশিল্লক্লে ।
রাধা লাকপা উত্রবদা, অরাবা রাখম্না লৈতেংলে ॥

নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দা, লাক্লে কৃষ্ণনা ।
লৈগী শয্যা শেমে, থম্বাল মনাক্তনা ॥
রাধা উমক্তু বদা, থরায় রাশিল্লক্লে ।

চিংনবা রাখয়া মণ্ডন মণ্ডন খল্লে।
গোবিন্দ দাসনা কোয়না কোয়না য়েংলে ॥

## অমুকস্তু কৃষ্ণ অভিসার
## ককিন প্রিয়তাল সঞ্জ।

অহীংদা গোবিন্দনা লেংখৎলে শয্যাদা তপ্না
লেংলক্লে লোয়া লোয়া কুঞ্জদা।
সুংঙাইবা রাখন্দা লেংলি, হকচাং পুম্বা ভু চুংলি
শ্রীরাধা উননি খল্লুবদা ॥
খুৎ ওয়না মুরলী পায়রি, য়েত্তা খম্বাল লৈতেংলি
কেনা কেনা চৎলি তপ্না তপ্না।
জগোয় শারি চৎনা চৎনা, থেক্লি য়েত্তা ওয়না কেনা।
মীচিনা খুদোন্দা য়েংনা য়েংনা ॥
শামুগী শাজৎ ওমজনা নোংশাগী শাবান হেনবনা
জগৎ পুম্নমকী পুক্নীং হুরি।
য়েৎলোমদা চোংলি ওয়রোমদা হল্লি,
ঝন ঝন নুপুরনা লাওরি ॥
কোকথক্তা চূড়ানা, চুবাদা নাইরা
ইলং লংনা কয়া নিংখিজরি।

রালং। কয়া কজরি। কয়া য়াম্না কজরি। য়েংলিবা মথৈ পেমবা মায়দে
মালতী পয়েং হাইরি থবাক্তা।
শনাগী কীগে, লৈতেংলি খগাংদা।

রালং। কয়া কজরি, য়েংবদা কয়া নিংথিরি।
চন্দ্রকীর্ত্তি তোল্লবনা।
খুরুমজরি গোবিন্দদা।
সুরচন্দ্র নোঙ্গে খুয়াখাদা।

নিভৃত নিকুঞ্জদা, মতৌ অসুম্না
লেংশিল্লে গোবিন্দনা পূরূীং মুংঙায়না।
কুঞ্জগী নিংথিজবা য়েংলগা কোয়না।
মনাই বৃন্দা দেবীবু; কৌরকই শ্যাম্না॥

## কৃষ্ণনা বৃন্দা কৌবা।

বৃন্দা বৃন্দা ঐগী চান্নবী, হে বৃন্দা।
তাবরা ইবেম্মা, লাও মকম অসিদা॥
ঐনা নীংলিবা পূরূীং অসি নহারূা।
থুংহল্লো লাও; হে বৃন্দা চানবিদুনা॥

## বৃন্দা চংলকপা খুরুমজবা।

বৃন্দা। খুরুমজরি ইবুংঙো, তোল্লবী ঐহারূা।
তাকপিয়ু য়াথংদো, য়াজরি কীগাও শানা॥
কৃষ্ণ। হে বৃন্দা রারবা কান্দা নং নওনা।
কনা লৈরি ব্রজদা ঐগীনি হায়না॥
লৈগী শয্যা শেমজগে, কৃষ্ণ ঐনা।

কচ্চগে রাধাদা, থরায় হুকচাং য়াওনা ॥
থিরু লৈ-ময়াম, ফজবতা খন্দুনা।
লৈগী পরেং লেংশি, নিংথি নিংথিজনা ॥

বৃন্দা। তাকপিবা ইঙ্গুনি, নীংবা পুম্বা পাংথোকচনি।
চৎচরে ননাই, মিৎনা কুপ্লদা, ওয়া লোয়নি।

বৃন্দা দেবীনা ইশৈ শক্ল শক্লহুনা লৈ হেকই

নিংথিজবী বৃন্দাবন হৈনা লৈনা লৈতেংজরো।
কচ্চহোরো অনীদা; সেবা মহৈ য়াঞ্জহোরো ॥
কুঞ্জবনগী জীবশিং, উচেক রায়া পুম্নমক।
শকচহোরো অনিগী গুণ, লুংঙায়না হৌজিকমক ॥
মলয়া খুংশিৎ নামিবা, তপ্পা থোগঞ্জরো।
ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমকী সেবা ফংজহোরো ॥

সূত্র

যাতি যুতি মালতী, নাগেশ্বর গুলাপ সেউলী।
শেফালিকা চন্দ্রমুখী, চিনি চম্পা চামেলী ॥
লৈখোং খুদিং চংহুনা, হেক্লি ফজবতা খন্দুনা।
হন্না হন্না পুয়ক্লি, থেল্লি শ্যামগী নীংবা থুংনা ॥

লৈগী শয্যা শেম্নে, ফজবনা তিল্লে।
তোয়না তোয়না য়েংলে, হন্না হন্না শেমলে ॥
লৈগী পরেং লেংলে, নীংবা পুম্বা থুংলে।
রাধা লাকপা, মায়কৈ চীংনা চীংনা য়েংলে ॥

## কৃষ্ণগী পুক্রিং লাংতক্রবা।

করিনো বৃন্দা, নবেম্মা অসি লাক্কেনা।
কুঞ্জ মক্ম লান্নবা, তাক্লবরা সখীনা॥
অহল লমন খংলদুনা খান্নবরা বৃন্দা।
চিংনবা রাখন্না, রাহল্লে ঐবু পুক্রীংদা॥

বৃন্দা। কীজেৎ লৈতেংলিঙৈদা ঙাইহিক থীনবা ওয়রিনি।
রাবিনু ইবুংঙো, রাধা শোয়দনা লাক্কনি॥
কুঞ্জ মক্ম লাল্লবমু, করিগী রাবিরি।
কাউরবরা ইবুংঙো, খুত্তা বাঁশী পায়বিরি।
বংশীবটতা ঙাদুনা, বাঁশী চিন্দা খোংদুনা।
খোংবিয়ু ইবুংঙো, রাধা রাধা হায়না॥

কৃষ্ণ। চুমইনে বৃন্দা কাউরুরে ঐহাক্রা।
কৌরগে নবেম্মা বাঁশী খোংলদুনা॥

## বাঁশী খোংলকপা।

## রাধাগী বাঁশী অনুরাগ বসন্ত রাসদা য়েংউ

সখী। তাবিয়ু ইবেম্মা, শ্যামগী বাঁশী খোংলিবসে।
রাধা রাধা হায়না, নংবু তোয়না কৌরিবসে॥
বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা, জগৎ পুম্বা শুমহৎলে।
যমুনা ঈথক হৌরে, ঈচেন হঙ্গৎনা চেল্লে॥

মুনি ঋষি ধ্যান কায়রে, মুং মহি ফেল্লে।
উস্থ রাস্থ য়েন্নিং হুল্লে, হৈনা লৈনা থল্লে ॥
মতম চারে লেংবিয়ো, ফীজেৎ লৈতেংবিয়ো ॥
ঈংলবা মায়থোংথানা, শ্যামগী পূরীং ঈংহনবিয়ো ॥

## রাধাগী ফীজেৎ লৈতেংবা

মহৌশানা কজবী রাধারাণীনা।
লৈতেংন্সে অমুক্তা, সখীনা লাংথুনা।
অমম্বা অহীংদা, অমুবা, ফীজেৎনা।
থাবন্দা লৈতেংই অণৌবা ফীজোম্ম!।
কৃষ্ণ সেবা মতিক চাবা খন্না খন্না।
লৈতেংই ইবেম্মা, ফীজেৎ হোংনা হোংনা।

## অমুকস্থ লৈতেংবা

কয়া কজনা; লৈতেংলি রাধা।
কৃষ্ণ প্রেমা, লৈতেংলি থমোয়দা ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোম্রা, নাইন য়াল্লি।
কাহ্নাই হায়না কোক্তা, শিন্দুর মম্লি ॥
মাধব হায়না, ফীক শিজিগুব্লি।
গোবিন্দ শোন্দুনা খুজী শিল্লি ॥
খাংচেৎ খোনরদা শ্যাম্বু লোক্লি।
হরি শোন্দুনা মুপুর থোল্লি ॥

## যাত্রা

ওয়ংগী অরদা, ওয়মা খোংথাংহনা।
যাত্রা তৌগে রাধা, মাধব হায়না ॥

## শ্রীরাধাগী অভিসার

বৃষভানুনা পোকচবী গোপীশিংগী মকোক ওইবী
লেংমান্নবী সখীশিংগা লেংলি।
খেংলবা অহীংদা কুঞ্জবনগী লম্বিদা ॥
মবুংঙো উনগে, হায়না চৎলি ॥
ফজবদা চাংদম্নিংঙাই লৈতে।
করম হায়না বিধিনা, শেমই অমুপ ফজনা;
মরোল অহুমদা মপা লৈতে ॥
নীলকান্ত মণিনা, লৈতেংলি খুজী ওইনা;
হকচাংদা অশংবা ফীগে খোল্লি।
নৌনা মর্থোক কারিবী, থোৎনা নৌমা ফজবী,
কাংঙগুম্না নোয়না নোয়না চৎলি ॥
থাবু হেনবা মায়খোংনা, মোমোন মোমোন নোক্তুনা;
তুংদা বেণীনা কয়া নিংথিজরি।
শনাগী নাসিকানা, মণি কুণ্ডল নাইনা;
শ্রীগোবিন্দগী পুক্নীং হুরি ॥
য়েৎলোমদা ললিতা, মাংদা চম্পকলতা;
ওইদা বিশাখানা, ময়াই থংনা
শ্রীরাধিকা তপ্না তপ্না চৎলি।

মমুং চম্না খোগঞ্জবী শ্রীরূপ মঞ্জুরী দেবী
কায়দা কায়দা চামর খোগল্লি
লেংমাম্নবী সখীশিংনা থরানমিচাক পরেংগুম্না
কৃষ্ণ গুণবু চৎনা চৎনা শক্লি ॥

## অমুকস্থ অভিসার

চৎলি রাধা কজবী ।২। হরি উননিংবী ।
রালং । য়েংউ চৎলি ।৩। কৃষ্ণবু খন্দুনা ।
কজবা খিবিক তিনবী, শনাগী লৈহাও মানবী ।
ফুদোংলবা শনা মানবী, অশংবা ফীগে লৈতেংবী ।
খোংথাং কন্না থাংবা ঙমদে, শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না
রালং । মবুংঙোগী প্রেম্না ।

## অমুকস্থ অভিসার

কুঞ্জ পাংনা, চৎলিবী রাধে ।
কজৈদা ইবেম্মা, শাজৎসি রাধে ।
রালং । কয়া নিংথিজরি । য়েংউ শাজৎ অসে ।
থেক্না নৌনা চৎলিবসে ।
নুপুর খোঞ্জেন তাবদা ঙকখরে ককিন ।
তুমিন তুমিন তোংলে উশাদা ককিন ।
থ্বাংদা কিঙ্কিনী খোংদা নুপুর ।
লাইবক্তা চন্দন, লারাইদা সিন্দুর ।
য়েংলিমখৈ পনবা নাইদে ॥
মীৎকম হোংগে হায়বা ঙমদে ॥

## অমুকস্তু অভিসার

কৃষ্ণগী রাখস্তা, খন্দুনা চৎলিবী।
রালং। প্রেমগী মশক ওইবী। রাসগী মবেম্মা।
মবুংঙোগী প্রেম্না মায়কৈ মরি মমখ্রে।
হকচাং, তনীক তনীক্লে, খোং থাংবা য়াদরে।

## উনবা (দর্শন)

কুঞ্জদা রাধা মাধব উনৈ।
মহৈ মহৈ য়েংনৈ, পূক্নীং অনি পেন্নৈ॥
মোমোন মোমোন নোক্লে, মীচি অনি য়েংনৈ।
তুচুংবা হকচাং, অনিমক মান্নৈ॥

**শ্রীকৃষ্ণনা খুৎ অনি তিংথোকপা।**
**তরাম তরাম রাধাবু ওকপা॥**

কৃষ্ণ। লাও লাও ইবেম্মা, রাধে ঐগী থরায় ওয়বী।
পুন্সিগী ঈরেন্দা অরা নুংঙায় পুমিন-নজনিংবী॥
ঙসায় মথৈ রারম্বদো, লোইনা কোকপ্রে খংহৌদনা।
লাক্লরোয়দরা খল্লুরে, রাক্লুরে রাধে ওস্থোক্লা য়াম্না॥

## অমুকস্তু

কৃষ্ণ। লাও চংলকউ লাও ইবেম্মা, পূক্নীং অসি পেল্লে।
নংবু উজবদা, অরাবা পূম্নমক কোক্লে॥

য়াধে নংনা কৃষ্ণ ঐগী, মীৎকী মীৎনহানি।
মংবু উদ্ধবদা, মায়কৈ মহি মন্নবনি ॥
নংনা ঐগী যপ তম্নি, নংনা ঐগী ধ্যান্নি ॥
নংনা ঐগী মন্ত্র তম্নি, নংনা হরি নাম্নি ॥
নংগীদমক ঐনা ; বৃন্দাবনসি শেম্লিবনি।
শান্নরিবা লীলা পূম্বা, নংগীদমক্তনি।
নংগী গুণ শরুবা, ঐনা বাঁশী তম্বনি।
নংবু ঐনা লাচ্চবা বৃন্দাবন্না সাক্ষিনি ॥

গোপীশিংগা লোয়ননা রাধানা খুরুম্বা।

য়াধা। খুরুমজরি ইবুংঙো চান্নথোইবা হে কৃষ্ণ।
ঐনা লানবা পূম্নমক ঙাকপিয় চানবিহনা ॥
লাইবক থীবি য়াধানি, মীখা পোম্না লৈবীনি।
লাক্লিংই হায়হনা ইনিং তম্বা ঙমদবীনি ॥
মপোক মপোক খুদিংদা খুয়া খাদা থম্বিয়ু।
থরায় হুকচাং কচ্চরি চানথোইবা লৌরিয়ু ॥

অমুকস্তু

য়াধা। চানবিয়ু চান্নথোইবা তাবিয় মুরলী পায়বা।
হায়জরি ননাইনা খুয়াখাদা।
চরন্দা খুজিন তম্বানা ঙাক্লি থাগী পরেংঙানা।
শিজনীংই ঐনা ঙকপথদা ॥

শ্রীদাম সুদাম পুষ্কনা বন্দা লেংবদা নংনা
থরায় থোঙ্গান্দা ভায়জৈ ঐনা।
চচ্চনীংই নতুং ইন্না ঙমজদে নুপীনিনা।
মীশুনা তাম্নজৈ নতুংইন্না॥
অনৌবা নোং উরুই; ইবুংঙো নংবু নিংশিংই,
পুনগনি কাউইদো শম ফাওনা।
কাউবরা য়েংলুই চাকশংদা, হেন্নচুম চাকই পুক্নীংদা
কপই মিত্তা, মৈথু চংলে হায়না॥
মণি মুক্তা নত্তেদো ফীজীদা পুনবা য়াদেদো
লৈসু নত্তে; থেৎপা য়াবা শমদা॥
পোকহল্লম্রে নুপী ওইনা তমথিরবা বিধিনা,
নতুং ইনবা ঙমদে কোয়না বন্দা॥
অগরু চন্দন ওয়না নংগী হকচাংদা খন্দুনা
তাজনিংই নখোংদা হুমাং ওয়না।
অসিগুম্বা লাইবকপু পিবিগত্রা ননাইবু
কপচৈ নরতম্না হীরা হীরা॥

## লৈশি লৈথোনবা।

কৃষ্ণ। থমোয়গী লৈকোম্নংদা কুন্থী কালেন নায়দনা
তত্তনা শাচ্চ—হননিংবী রাধে।
শুল্লবা বনসিদা থেংলবা অহীংদা
করম হায়না লাকপগেনে রাধে।

রাধা নংনা থরায়নি নংনা ঐগী গুরুনি
নংগী প্রমগী, মথাপোনবা ঐনি।
তূম্বা হিপ্পা চাবদা মতম লৈবা খিবিক্তা
মিকুপ অমা কাউবা ঙমদবনি॥
রাধা নংনা ঈশিংনি কৃষ্ণ ঐনা ঙানি
ঈশিংতদা ঙানা হিংজবনি।
রাধা নংনা অহীংনি কৃষ্ণ ঐনা থানি
অহীংতদা থানা ফজবনি॥

## নিকুঞ্জ মন্দিরদা রাধা কৃষ্ণ লেংশিনবা

(সঙ্কীর্ণ সম্ভোগ)

### সূত্র

নিকুঞ্জ মণ্ডিরদা লৈগী শয্যা মথক্তা
রাধা কৃষ্ণ অনি ঙাল্লি।
মীৎকা মীৎকা য়েংনরি চীনগা চীনগা থেংনরি
প্রেমগী রস পূন্নমক তিল্লি।
শনাগী থম্বানগা অশংবা থম্বালগা
থম্বাল অনি অমতা ওইনা শাৎলি॥
থাবু হেনবা মায়থোংনা হুমাং লৈরিক কাদুনা
থা কোটি কোটিবু হেন্না লংলি॥

### স্বাধীন

রাধা কৃষ্ণ অনিমক কুঞ্জবন্দা ঙাল্লি
নোংগা নোংথাংগুম্না শনাগা তন্ফাগুম্না
মায়থোং থানা জগৎ জসি গুমহৎলি”

ফজয়ে বৃন্দাবন নিংথিজয়ে কুঞ্জবন
পূক্লীং হুয়ে কুঞ্জগী উরী য়ারী।
থৌগল্লি সখীশিংনা ললিতানচিংবীনা
থরায় হকচাং পুন্নমক কচ্ছরি।

## যুগল রূপ (রাধা কৃষ্ণ অনিগী ফজবা)

য়েংউ ইতা চান্নরবী, রাধা গোবিন্দ অনিসে।
কয়াদা নিংথিজরিবা, অনিগী মায়থোং থম্বানসে॥
শ্যাম্না ইন্দ্রনীলমণি, রাধা শনা অহীংবনি।
নোংগা নোংথাং অনিগুম্না পূক্লীং হুবা কুচুনি॥
শ্যামগী ওক্তা গুঞ্জামালা, রাইগী ওক্তা রঙ্গন মালা
লেংউদনা মথন্নতা হায়রি; ইলং ইলং লংনা॥
শ্যামগী খ্বাংদা শনা ফীগে, রাইগী খ্বাংদা অশংবা ছাড়ী
ফীগে ছাড়ী অনীমক্না, চুমথাং খনবগুম নিংথিরি।

## অমুকস্থু

য়েংউ ইতা চান্নবী নংবু, রাধা কৃষ্ণ অনিসে।
থরোশিংগা থাগা, অনি পুন্না গাল্লিবসে॥
য়েংলিমখৈ পেনবা নায়দে, শ্রীরাধা গোবিন্দসে।
করি অমুক হায়রসিগে, অনিগী মায়থোংসে
উবদা, ক্ষাবা য়াদে পূক্লীংসে। নোংদা নোংথাং

গুন্নি, থাদা নোংইন ইল্লি। শনাদা তমকা থিল্লি, লৈদা খোয়মু ইল্লি। নীলকান্ত মণিনা শনাদা থাম্লি। করি অমুক হায়রসিগেনে।

অমুকস্তু

ইতা ওস্থোক্লা ফজবা রাধা কৃষ্ণ অনিমক্লি।
শ্যাম্না ইন্দ্রনীলমণি, রাধানা, লেংদবা নোংথাংনি।

রাগং। চান্নবী য়েংউনে।

শ্যাম্না তমান পাম্বিনি, রাধানা শনাগী উরীনি॥
ইতা কয়াদা ফজরি, অনিগী শকসে নিংথিজরি।
(য়েংউ) শ্যামগী ওয়দা রাধিকানা, কয়া নিংথিজরি ফজরি।
শনাগী থম্বান অশ'বা থম্বান থম্বান অনি শাৎমিন্নরি।

## শুক শারীনা রাধা কৃষ্ণগী গুণ থাগৎনবা

শুক শারী অনিনা; শক্লি রাধা শ্যামগী গুণ।
মহৈ মহৈ থাগৎনরি অনিমক্কী মগুণ॥
তাও শারী, অঙকপা শ্যামগী গুন্নি।
ইন্দ্র নীলমণি মানবা, অনৌবা নোং, ওমজবা
মুনা রাশি লৈবা; ঐগী শ্যাম্নি।
শনা ফীগে লৈতেংবা, চূড়া কোক্তা থোল্লিবা,
নৌনা থোকপা, মুমিৎকুম্বা শ্যাম্নি।
পাম্বোম থম্বৌ হেন্নানা, কৈবোম লফু নেম্ব্‌রানা,
গোপীশিংগী পুক্নীং, হুবা শ্যাম্নি।

ভাও হে শুক রাধাসু অঙকপিনী।
কুমকুমদা লুপ্লবী ; শনাগী থম্বান গুম্বী,
গৌরচন মচু, মানবী রাধানি।
শ্রীঅঙ্গগী গন্ধনা, থম্বান মনম ঙমজনা,
খোইমুগী পূক্লীং, ভাওহনবী রাধানি
শ্রীকৃষ্ণনা পামজবা, মণি রতন অপূম্বা,
পুকৈ ওইনা ; লৈবী শ্রীরাধানি।
কাম্নরোই শারী ; অমুকসু হায়খিনি।
লাইরাম্না লাৎলিবা, মুনি ঋষিনা নীংলিবা,
জগৎকী থরাম ওইবা কৃষ্ণনি ॥
ইন্দ্রগী নাপল মাংহনবা, কালিবু তাম্থোকপিবা,
গবর্দ্ধন লৈশুম, থাঙ্গৎপা শ্যাম্নি।
নংগী নবেম্মনা, খুদাং পীকম তৈত্তনা
অহীং নুংখিল কপ্পা, শ্যামগী-দমক্লি।
হায়নু শুক জগৎনা খংলিবনি।
নুপী লক্তা অথোইবী, শ্রীহরিগী অচানবী,
লক্ষ্মীগীসু মবেম্মা, রাধানি ॥
ব্রজ বৃন্দাবন্দা, শ্যামগী থমোয় পুথ্রিদা,
থম্বাল ওয়না, শাৎলিবী রাধানি।
নংগী নবুংঙোনা, নোংজু নুংশা খাক্তনা,
যণ শেল্লিবা, রাধাগী দমক্তনি ॥

রাধা কৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা
যমুনা মপান্দা লেংলকপা।
খুৎকা খুৎকা পায়নত্তুনা রাধাশ্যাম অনিমক্না
লেংমিন্নরি যমুনাগী মপান্দা।
য়েৎলোমদা রঙ্গদেবী ওয়দা চৎলি সুদেবী,
বৃন্দাদেবীনা লম-চিংলি মাংদা॥

কৃষ্ণ

বৃন্দাবনসি নিংথিরে হৈনা লৈনা ইভৌভৌরে।
পৃক্নীং হুরে য়েংবদা য়াম্না।
নুংঙাইবা অহীংসিদা যমুনা মপানসিদা
জগোয় শান্নসি রাধে নুংঙাইনা।

সূত্রগীত।

যমুনা মপান্দা, গোপীশিংনা ইকোয় কোয়রে।
রাধাকৃষ্ণ অনিমক্না, ময়ায়দা ঙাম্থোইরে॥
যন্ত্র ময়াম পুরক্তুনা, য়েল্লে বৃন্দা দেবীনা।
মাগী মাগী যন্ত্র পায়রে, শেম্লে সুর চানা॥
রাগ হোৌরে তন নন, ব্রজগোপীশিংনা।
মায়কৈ মরি ইনিন নিল্লে, নুংশিবা খোঞ্জেন্না॥

———

## রাস

মৃদঙ্গকে পাখোয়াজ খোংলক্কে ইসরাজ,
রাধা কৃষ্ণ জগোয় শারি।
কেনা কেনা শারি থেক্লা থেক্লা চৎলি;
মীচি মীচি অনি য়েংনরি॥
গোপীশিংনা কোয়ঠুনা খুৎকা খুৎকা শম্ননা
অনীগী গুণ নুংশিনা শক্লি।
নোংহৌ মানবা শ্যাম্মি নোংথাংগুম্বী রাধানি,
নোংগা নোংথাংগা পুম্না গুল্লি।
যন্ত্রগী মখোল্লা গোপীগী খোঙ্গেন্না,
কুঞ্জবন অপূম্বা ইনিন নীল্লে।
রাহোংজাবা অমোম্না, কদমদা তোংহুনা,
লৈনা লৈনা জগোয় শারক্লে।
তেনরানা উশাদা, জগোয় অসি উবদা,
ফজৈ ফজৈ হায়না থাগচ্চরি।
মোমোন নোকপা মীনোক্লা মীপুকহুবা মীৎয়েংনা
অনন্তদাসবু থৌজানবিরি॥

## অমুকসু রাস

কয়া কঞ্জরি কয়া নিংথিরি
অনিনা জগোয় শারি।

মীচি মীচি য়েংনৈ মোমোন মোমোন নোক্লৈ,
হকচাং হকচাং থেংনরি ॥
খোংগা খুৎকা শারি ওকা থাগা য়াওরি,
য়েংবদা পুক্নীং হুরি ।
তা তাতা থৈথৈ তাতাথৈ তাতাথৈ
বিশাখানা পুং য়ৈরি ॥
রস খিবিক তিল্লি প্রেমগী ইথক হৌরি,
মিকুপ খুদিং নৌরি ।
তাদ্রিমি তাদ্রিমি দ্রিমি দ্রিমি দ্রিমি
সখীশিংনা তাল থারি ॥
নুপূর খোংদা কিঙ্কিনি খৱাংদা
রুনুরুনু কিনিকিনি লাওরি ।
অনীগী হৈশিংবা জগোয়গী কজবা
অনন্ত দাসনা য়েংজরি ॥

---

## ভঙ্গী পরেং ।

হল্লীশক জগোয় হৌরে, চক্রদা কারে ।
গোপীশিংনা মরোল, অহুম থোক্লা কোয়রে ॥
শনাগী উরীশিংনা তমান্দা য়েচ্চরি ।
রস পুন্নমক শ্যামা, নোংওইনা চুবিরি ॥

যন্ত্র পুম্বা লোয়না খোংলি স্বর চানা চানা।
খোঞ্জেন ফবী গোপীনা, ইশৈ শক্লি মুংশিনা॥

## তানচপ

গোপী মরক মরক্তা জগোয়-শারি কৃষ্ণনা।
কয়া-হৈনা-শারক্লি চেন্দুনা। ২। পুক্নীংহুনা॥
চক্রগী মতৌগুম্না চেন্না চেন্না শারক্লি।
অঙকপগী মশক্লি, জগৎ অসি শুমহৎলি।

## মেনকুপ

গোপীনা যন্ত্র খোংলি, মায়কৈ মরি লেপ্তুনা।
হৈশিংবী বিশাখানা, পুংলোনয়ৈরি তাল চানা॥
খোংথাং চানা চানা- য়ৈরি চোংনা চোংনা।
ললিতানা তাল থারি খুবাক খুরহুনা॥

## তানচপ

মহৈমহৈ গোপীশিংনা মাগতগা শ্রীকৃষ্ণনা
শামিন্নরি হায়না খল্লি।
কনানা কেজরি কনানা নৌজরি
কনাগুম্বীনা মীচিনা য়েংলি॥

## ভঙ্গী পরেং

সারে গনি ধপ পম গরেসা নিধ,
সারে সানিনি ধধ পপ মম গগ,
রেরে সা সারে গরে সানি ধসা রেসা।
ধা নিনি ধনি ধসা, গগসা গগগ গসা,
নিধ পম গরেসা, ধনিনি ধনি ধমা, পমগরেসা ॥০॥
সারে গানি ধপ, পম গরেসা, নিনি ধধ পপ মম,
গগ রেরেসা, পপ মম গগ রে রে সা ॥২॥

## তানচপ

ওইগী খুৎনা থবাক্তা থম্নি।
য়েৎকী খুৎনা থেক্নুনা লৈনা অসোয় শাথি ॥
মীচিনা থেক্না থেক্না শ্যাম্বু য়েংজহনা।
গোপী লিশিং লিশিংনা শারি নিংথিজনা ॥

## তানচপ

মল্লার, কর্ণাটক, নাট, কেদার।
হিন্দোল, ভৈরবী, দেশাগ, গন্ধার ॥
বসন্ত, মালব, রায়কেলি, শ্রী, গুজ্জরী।
গৌরী, গণ্ডরিক, তোরী, আস্বাবরী ॥
ধেনাবলী সুরহাটি মঙ্গল গুজ্জরী,
দেশ, বদারী, সুপঠ, মঞ্জুরী,

মাধবী কৌশিকী পালি ললিতা সিন্দুড়া।
রাগিনী ময়ামসি শংক্লি মথং শিংনা॥

থো দিক জাংজোং ত্রিমি ত্রিমি ত্রিমিধা।
তেকে কেটে তেরে কেটে থৈয়ী ধা ধা॥
অসিগুম্বা লীলাসিবু নুংঙাইনা।
য়েংজে তোল্লবা মাধব দাসনা।

ভঙ্গী পরেং লোয়রবা।

## কৃষ্ণগী নাইতোম জগোয়;

কয়াদা হৈনা কয়াদা লুনা
য়েংউনে ইতাশা শ্যাম্না জগোয় শাল্লি।
থাংলিবা খোংথাংনা চৎলিবা শানোম্না
শামুগী শাজৎপু ওমজনা কজরি॥
নুপুর খোঞ্জেন কিঙ্কিনি মখোন
ঝন নন হায়না কয়াদা নুংশিরি,
কীগেনা খ্বাংদা বাঁশীনা খুত্তা
ব্রজগোপী ঐখোইগী পুক্লীং হুথিরি॥
কয়া নিংথিজরিবা কয়াদা নৌরিবা
পুক্লীং অসি ওমদে কাবা।
থিথিনা করম শেন্নবা।
য়েংউ ইতা শ্যামকী শকসে, কোটি কামবু হেল্লিগসে,

স্নুপীগী ধর্ম্ম মাংনবা।
বিধিনা করম শেম্লম্বা।
মুনা রাশি লৈবা মথেক অহুম থেকপা
শাথেক্না জগৎসি শুমহৎলি।
কোকথক্তা চূড়ানা রাহোংগী মতুনা
কয়া কজনা ইলং লংলি॥
য়েংউ য়েংউ ইতা চেপ্লিবসে ওয়দা
নিংথিজবা চূড়ানা॥

গোপী ময়ায়া কোয়গুনা য়েংলি।
খুবাক খুত্নুনা ইশৈ শক্লি।
য়েত্তা ওয়দা চোংগুনা লৈরি।
কোয়না কোয়না চেম্দুনা শারি।
য়েংলিবা মথৈ পেনবা নাইত্রে।
গোপী পুম্নমক মমিৎ কুপ্ত্রে॥
স্বর্গদা লাইনা ভাবুক ওইরি।
গোবিন্দ দাসনা থাগচ্চরি॥

## মেনকুপ

অনৌবা লৈগী অনৌবা পম্বেংনা।
নৌরবা ওক্তা হাইরি কয়া নৌনা॥
নৌরবা খ্বাংদা নৌরবা ফীগেনা।
নৌহল্লি অমুক গোপী প্রেম নৌনা॥

থরান মিচাক লক্তা পূর্ণিমা শুয়া।
গোপীশিংগী ময়ক্তা শ্রীকৃষ্ণনা।
য়েংউ ইভাশা কয়া নিংথিজরি।

### চালী

খোয়খোয়না মুরবা শমদা, য়েৎলি নৈগী পয়েংশিংনা।
মালিকা মালতী যাতি, লবঙ্গ যুতি বকুল।॥
মণি মুক্তা পয়েংনা ইলংইলং লাংলি।
হুকচাং পুম্বা লৈজেংনা নোংথাংকুপ্পা শুরি॥

### রাধাগী জগোয় (নায়তোম)।

য়েংউনে ইতা, ইবেম্মা অসে,
কয়া ফজনা জগোয় শারিবনো?
জগোয়না হৈবনে, শক্লা ফজবনে,
জগত্তা মপা কনা য়াওরিবনো?
নোংশাগী শাবাম্নি, শজীগী মিত্তানি,
য়াতানা ফকোই মাম্না নিংথিজরি,
কাংওবু শুমজনা, শাম্বুনা তমজনা,
শাজংনা কয়াদা পুক্লীং হুরি॥
য়েংউনে ইতা কয়া নিংথিজরি॥

### অমুকস্তু রাধাগী জগোয়।

কজৈদা ইবেম্মা নিংথিজৈদা রাধে
য়েংবদা পুক্লীং শুমহৎলি।

কামগী পুরীং হুবা মুয়ুবা কেনীদা
মালতী পম্বেং য়েংলি ॥
চন্দন্না লাইবক্তা সিন্দুরনা লরাইদা
কজবা অমুক হেলহল্লি ॥
মশিংগী নাইয়া নোংথাং মুয়া শুয়া
চুবা অনিদা ইনং লংলি ॥
তখব্‌পা মীৎয়েংনা কীরুপ কীরুপ য়েংহুনা
শ্যামগী পুরীং শুমহৎলি ॥
মীৎলুদা কাজল্লা খুয়াদা বাবক্লা
প্রেমগী ইথক হৌহল্লি ॥

(রাধাগী নায়তোম্‌জগোয় বসন্তরাসদা য়েংউ)

সূত্র

জগোয় শারি অমুক হন্না গোপী ময়াম রাওনা।
রাধা কৃষ্ণ অনিমক্তা ময়ায়দা লৈরহুনা ॥

থেক্লা থেক্লা নৌনা মৌনা শারি রাধা মাধবনা।
গোপীশিংনা থারি তাল, শারি রাধা কৃষ্ণনা।
বিশাখানা পুং য়ৈরি, শারি রাধা কৃষ্ণনা।
লৈনা লৈমা চৎনা চৎনা শারি।
য়েন্তা ওয়দা হন্না হন্না লৈরি।
খুৎকী খোংগী জগোয় শুনা শারি।
খোংথাং খুদিং চানা. চানা পুংয়ৈরি ॥

বিশাখানা পুংয়ৈরি, ততথৈ থৈ তাথৈ থৈতা হায়রি।
রাধা কৃষ্ণ পুংলোন জগোয় শারি, থাবু হেন্না কজরি।
পাখোম অনি থাজত্ত্না চোংলি, খুজীগী মখোন হৌরি।
খোংসু থীম্না থীম্না জগোয় শারি, নুপুর ঝনঝন লাওরি।

## রাস

খোংজী খুজীগী মখোন্না, কিনি কিনি হায়রি।
নুপুর মখোন্না, রুনু রুনু হায়না লাওরি॥
লাইবক্তা চন্দম্না, কামগী পুক্নীং শুমহৎলি।
মুক্তা পরেংনা ওক্তা, ইলং লংনা কজবা হেলহল্লি।
য়েত্তা ওয়দা লৈছনা, জগোয় শারি।২। থেক্না থেক্না।
কয়া নিংথিজনা শারি। রাধাকৃষ্ণ অনীমক কয়া কজরি।

## রাস

বিশাখানা চিংবী, পুংয়ৈবীশিংনা।
জগোয় খোংথাং য়েংনা, য়ৈরি তাল চানা।
নাতোন নাচিশিংদা, হুমাং লৈরিক কারে।
পুংগা জগোয়গা, মীৎ লৈবা য়ানদরে।
বেণী থোকপা য়াওরে, ঝাপা কেনবা য়ামে।
কাঁচলী থাখুম ফী, লোয়না নাম্মোক্লে॥
ময়ায় কাবা শ্যাম্না, জগোয় শানা শানা।
শেমজিনবিরি তশুনা, য়াম্না হৈশিংনা॥
কনাবু কোনবিরি, কনাবু নামবিরি।
কনাদা সুংশিনা, পানা ইনবিরি॥

## পোথাবা সূত্র

জগোয় শাবা রায়ে, হুমাং লৈম্রিক কায়ে।
পুম্নীং খংবী বৃন্দানা, খোইহী খৌগজ্ঞয়ে॥
খোইহী কাম্লুবদা, ময়ায় কারস্থনা,
নিকুঞ্জ মণ্ডিরদা, লেংশিল্লক্লে ওয়া।
মাগী মাগী কুঞ্জদা, লোইনা পোথানয়ে।
নীংবাপুম্বা ওম্না, শ্যায়া থুংহনবিয়ে॥
যমুনাদঃ অমুক, ময়াম কুমহুনা।
ইশিং চাইনহুনা, শাবৈ নুংঙাইনা॥
কংকান্দা লেংখৎলে, কীজেৎ লৈতেং লোয়য়ে
বনগী উহৈ রাহৈ, লাংজবা হাবিয়ে॥
যোগ পীঠগী নোংচুপ, হেমাম্বুজ কুঞ্জদা।
রাধাকৃষ্ণ অনি, লেংশিল্লে শয্যাদা॥

## চেপ্পগী লীলা

নিংথিজরি শ্রীরাধা গোবিন্দনা নিকুঞ্জ মণ্ডিরদা।
শ্যামগা লোয়ননা রাধা রাণী; চেপ্পি লৈগী শয্যাদা।
অনৌবা নোংদা শান্নরি নোংথাংনা।
শনাগী থম্বান্দা ইল্লি খোইমুনা।
শনাগী থম্বাল অশংবা থম্বান।
থম্বান অনী শাৎমিন্নরি পুম্না॥

## অমুকস্থু

থুরুমজরি রাধা, ১২ কৃষ্ণ অনিবু।

ন্যোংগা নোংখাং মানবা শনা তম্বা ঙুম্বা
থরো থম্বান ওমজবা অনীবু॥
নিংথিজরি কুঞ্জবন্দা নিভৃত নিকুঞ্জদা
মণিগী কাংথোন, লৈগী মোম্পাক্লা।
চান্নবা ইরেন্দা নীংনবা ঈচেন্দা
তাউরি অনি প্রেমগী ঈপাক্তা॥
থৌগল্লি সখীনা মঞ্জুরী ময়াম্মা
সেবা নীংজরি, মা মাসখীনা॥

নীংউনে হে পুক্নীং রাধা শ্যাম, নিভৃত নিকুঞ্জবন্দা।
রাধা কৃষ্ণ অনিনা সুমিৎ থুদিংগী শান্নমিন্নরি,
নুংঙাইরবা নিকুঞ্জ মনুংদা॥
মলয়া নুংশিত্তনা, তপ্পা তপ্পা থৌগঞ্জম্মা,
য়েংউ অনীগী পুক্নীং অসি, নোহল্লি তত্তনা।
কচৌ অনীদা পুক্নীং, নংগী থরাম্ন হকচাং ওম্না।
তুম্বদা চাবদা কাউরম্নু অনীবু, রাখল অষ্টে থাদোক্তনা।

য়েংউনে তুম্নিবসে, অনীনা নিভৃত নিকুঞ্জদা।
নুংশিৎস্থু লেপথরে, উনাস্থু লেংথিদরে,
অনিগী তুম্বা কায়নি কীবদা
লথীশিংস্থু মপান্দা, মাগী মাগী কুঞ্জদা,
ওম্না তুম্নে পুক্নীং নুংঙাইনা।

চোংঙা তেৱানচিংবা, মনগী জীব অপুম্বা,
পোথারে, লেপখে, ঙংবা খোইমুনা ॥
অচৎ চন্দ্র পুন্নমক, মীকপ তাল্লে ঙম্নমক,
কুঞ্জবন খুদিংমক, চীক্লে লোইনা।
শংবান্নবা কজবী, মুমিৎকী মচা মুপী,
তপ্পা তপ্পা চেল্লি, কালিন্দীনা ॥
মঙুং চনবী সখীনা, শম্যাগী মনাক মরা,
ভুন্নি মখাদা, ইকোয় কোয়না।
কনাগুম্বী সখীশিংনা, কাংহায় চামর পায়দুনা,
থৌগঞ্জরি অনিবু লাপ্পা লাপ্পা ॥

পোম্বী চেক্লা য়াকায়রক্লে, চীংথৈ ফীদুপ হল্লে।
মাগী মাগী মকোন্দা, মুনা মুনা য়েংলে ॥
রাধা কৃষ্ণ হৌদোক্কে, খল্লি ঙম্না পুক্লীংদা।
হৌদোকচবা ঙমজদে, বৃন্দাগী য়াথং ফংদে"
মতম চারে খন্দুনা, য়াথং পিরে বৃন্দানা।
চেক্লা খোংলে খোঞ্জেন রাংনা, নিকুঞ্জ কোয়দুনা
অসিগুম্বা লীলাবু, শকচৈ গোবিন্দ দাসনা ॥

## তেনবানা অনীবু হৌদোকপা

নোং ঙাল্লে লেংখৎপিয়ো রাধে।
লাওরি তোয়না তেনৱাশিংনা, য়াকায়বিয়ো রাধে।
চীংথৈ মঙান কাওরক্লে, নোংপোক মাইকৈ ভোৱক্লে।

মীনা হৌবা হান্নি, ওয়া মীকপ থোক্লে ॥
মতম চাক্লে থাদোক্লো, খুত্তা পায়বা মণিদো।
ঙাংন চাওবা ব্রজনি, লোৎহৌসি উদ্রিভৈদা।

## অওনবা

তাবিয়ুনে ইবুংঙো অহীংসি হৌখরে, নোংঙান্দোয়ে।
চীংথৈ ছল্লক্লে, অহন লমন হৌরে, লেংখৎপিরো মতম চারে।
করিগী তুম্নিবা হৌজিকপু রাধে, নবুংঙোবু হৌদোকপিরো।
লেংখৎলো ইবুংঙো, লেংখৎলো ইবেম্মা, লৈগী শয্যা থাদোকপিরো
যমুনাদা থম্বাল শাৎলক্লে, ঙানু কাংঙা শান্নবা হৌরে।
থেংলে মতমসে, মীউবা তারে, তাবিয়ু কৃষ্ণমাংবা তারে ॥
লৈকা খুদিং খোয়মু ঙংলে, বনগী জীব ওয়া মীকপ থোক্লে।

## তানচপ

অনীমক হৌগৎলে, সখীনা থোগজ্রে।
সখী সেবা চংজরে নিংবা থুংজরে
থরায় মঙা কচ্চরে
লৈ খুবাম খুবাম কচ্চরে।

## আরতি

কুঞ্জবন্দা রাধা কৃষ্ণ, য়েৎকা ওয়গা ঙান্নি
নিংথিজবী ব্রজগোপীনা, ময়াম ইশৈ শক্লি ॥
থৌগী বর্ত্তী চামা-নিপান, কর্পূর থাংমৈ কৎলি ॥

কালিন্দা সথামা, অনিগী মায়থোংদা থৌগাল্লি ॥
খিদাথানা পুংরৈরি, সখী ময়াম যন্ত্র থোংলি।
যন্ত্র থোংবনে, গোপী থোঞ্জেয়ে, ইশিন নিল্লি
সেবা হৈবী সখীশিংনা, মঞ্জুরী ময়াম্মা।
চামর খল্লি কনানা, কাংহায় হুল্লি খরনা।
অসিগুম্বা রস, শকচৈ গজেন্দ্র দাসনা।
খরায় হকচাং কচ্চরি; ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা ॥

## বিদায় নিবা রাধানা

লেংবিরো চায়বা হেকৃষ্ণ, ননাই ঐবু বিদায় পিবিয়ো ইবুংঙো।
করম হায়না, হল্লসিগে বৃন্দা, করম হায়না কায়নসিগে ইবুংঙো।২।
চৎথই য়াদে, থরায়নদি চৎনিংদে, থারগেনে থরায় অসি ইবুংঙো।
মীংচৎসু থীরবীনি, নীংবা থুংজবীনি, কাম্নজবা মপোক্লিনে ইবুংঙো।২।
ঐনা তৌজরকপা ঐনা ফংজবনি, কনাদবু তাইনরুগনি ইবুংঙো।
থুবাং চাংজো লোয়া, খুদাংপিকম তৈনা, বিদায় মিজরি পিবিয়ু ইবুংঙো।২
য়েংজে নরহরি, কপ্পা কপ্পা হায়জে, করম হায়না য়েংলসিগে ইবুংঙো ॥

## নীংজবা

রাধা কৃষ্ণ অনীমক্পা, ঐহাকী থরায়নি।
অনীদগী হেন্না অতে অমা থংজদবনি ॥
কালিন্দীগী তর্বান্দা, কেলিকদমগী বন্দা।
কর্মইঞ্জগে অনীবু, মণিগী তাংবন মথক্তা ॥
শ্যাম গৌরী অনীদা, কুমকুম চন্দন ফচ্চগে।

মায়খোং থা য়েংনা য়েংনা. চাময় থৌগজ্ঞগে ।
লেংজগে মালতী পয়েং, হুকচগে শুকশমদা ।
অতয়্যা পানা খুদপ, ইঞ্জগে অমীগী চান্দ ॥
ললিতা বিশাখানচিংবী, সখীশিংদগী
লৌজরগা য়াথং, ফংজগে সেবা চরণগী
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী, মনাইগী মনাই ওইবা ।
নয়তম দাসনা, নিঙ্গৈ অসিগুম্বা সেবা ॥

## কুঞ্জদগী কায়নবা (কুঞ্জভঙ্গ) ।

### সখী

তাখিয় ইবুংঙো, মতম অসি থেংথরে ।
ইবেম্মবু লৈতেংবিবা, মতম কাল ওইরে ॥
নরাইদা সিন্দুর, লৈতেংবিয়ো কজনা ।
খদাংদা তৈবিয়ো, মৃগমদ চন্দয়া ॥
মিস্না থম্বান অনীদা, কাজয়া লৈতেংবিয়ো ।
কজবা থবাক্তা, চক্ষু শানা য়েকপিয়ো ॥
সখীগী য়া তাবদা, তোল্লবা শেখরনা ।
লাংজরে, পোৎলম পুম্বা, অমত্তা রাস্তনা ॥

পুক্ষীংনা পামজনা, থরায়না হরাওনা,
লৈতেংলি ইবেম্মবু কৃষ্ণচন্দ্রনা ।
ঙাংলবা শিন্দুরনা, নরাইদা নিংখিজনা,
লৈতেংবিরি শ্যাম, অঙকপা কংনা ॥

ওইবংবা সনাখুৎনা, খদাংদা পায়রমুনা,
কাজল থারি কজনা, মীৎলু অনীদা।
মীৎকা মীৎকা য়েংনরি, মোমোন মোমোন নোক্নরি,
প্রেমগী ইথক হৌরি, অনীগী পুক্নীংদা॥
কায়নবা রাখল্লা, পুক্নীং লাংতক্লমুনা,
মুংশা মপিস্থু, হোল্লি ফুইনা ফুয়না।
ওক্লবা অনীগী প্রেম্নি, মরোন অহুমদা লৈতবনি,
অসিগুম্বা রসবু, শকচৈ শেখরনা॥
খোংথাং অমা থাংই, অমুক অমুক লেপই।
অমুক হন্না য়েংই, অমুক হন্না চুপই॥
মীৎলু অনী মক্কা, প্রেমগী ইরা শিন্থে।
হীরা হীরা অনী, তুমিন তুমিন কপ্পে॥
চীংনবা রাখল্লা, পুক্নীংস্থ মিপাইনা।
কোয়না কোয়না য়েংই, তথকপা মীৎয়েংনা॥
মত্তৌ অস্নুন্না লেংলি, তুমিন তুমিন্না।
নুপুর মখৈ ওন্না, কাজিম্নৈ কীজীনা॥
বিদায় তৌনরে রানা, কদম খঙীদা।
রাধা কৃষ্ণ অনী, লেংশিন্লে শঙ্গায়দা॥
সখীশিংনা খোগন্দুনা, চেপ্পে শয্যাদা।
হল্লক্লে সখীস্থু, তুম্লরে ময়ুমদা॥
'সিগুম্বা অনীগী নিতিগী লীলানা
সেখরগী থমোয়দা ওাল্লি তত্তনা॥
লোইরবা।